# সৈনাস অমসুং থোঙ্‌বিয়া



কেঃ সিঃ তেন্‌সুব

নুংসেংবা সেরিজ - 14/2002 (RNI No 63996 of 1996)

লাইবক মমিং - সৈনাস অমসুং থোঙ্বিযা।

অইবা – কেঃ সিঃ তেন্‌সুব।

অফোংবা – All Meditators' Assn (AMA), Manipur

অহানবা ইদিসন - ইং ২০০২

চক'পম্ন কল্লন

লুপা ২০/

লাইরিক ফংফম - ১। বাংজম বক স্তোর
গোভিনদ রোদ
ইম্ফাল – ৭৯৫০০১
২। AMA গী মেম্বরশিং
৩। কেঃ সিঃ তেনসুব
ককবা মখা, থোংজু-১
ইম্ফাল - ৭৯৫০০৩

লাইরিক নমফম্ -
**Iboyaima Printers**
Moirangkhom Lolllaobung, Imphal 795001

# ৱাহৌদোক্

ব্রিতিস্‌ন মনিপুর লোই চংখিব মতম (ইং ১৮৯১) অদুদ মৈত্রবাককি সেল্-থুমগি ফিভম্ সাথীন ফং তব মতম হায়বদো ওইরম্লে। ইংরেজসিংগ লানথেংনবদ অরৈবমখোয়সু মাংখ্রবনি। অদুগিসু মথক্ত হান্নদগি চৎনবমব মৈত্রবাককি সেমখায় ময়েকক ব্রিতিসকি সেল ময়েকক থোৎসিন যানসিননদুন চৎনহনব হান্নদগি চৈখ্রব মচৎ অদুনসু মৈত্রবাককি সেন্মিৎলোন হান্নদাগী কায়দন লাকখ্রবনি। সেমখায় ময়েকতগিদি ব্রিতিস্‌কি সেল ময়েকন মসক ফজব অমসু মতিক মগুন লৈব ফেনবানিনা, চৎনদবসু যাবকত্রবানিন. অদোমসু মথক্ত ব্রিতিসন মৈত্রবাক্ত সেম্খায়গি চৎনবা লৈবমবদু মরুফংন মুথংনব কানা হোৎনখৎলকপ মতমনগ ওইবগ মতম্ অদুগি চমজখ্রব মীয়ামন ব্রিতিস সেল ময়েকাসং অদুতবু পামনবকলম্মি। ইং ১৮৯২ দ হায়বদি ব্রিতিস্‌ন মনিপুর লৌসিনখিবগি হেক্ ওললকপ চহী অদুদ বোল সাহেপন মৈতৈগী নিংথৌদ কবিসু নৎতবদ লুপা ১০০০ (লাসীং অম) পীথোকত্রন নুমিৎ কয়ানি চুপনে মেলা তৌহল্লি, গোবিন্দাগী মান্দোপত ইসি নোংমাই তৌহল্লি, ভাবোক্‌সিংদ দখিনানিগকা হায়জিন্দুন লেমন সেল্ যেলহল্লি, অহিংদন জগোই তৌহল্লি। মতম্ অদুদ ব্রিতিস্‌ন মৈতৈ নিংথৌগি খুৎথাংদ সান্নবিব থামায়লোন্ ময়াম্ অদু মতম অদুদ মসাগি চহী ৩৮ লোম্ সুনব তুংদদি ওজা থোংবিয়া হায়বগ অদম্ খঙনবন থোঙনম্ য়ুমজাও হায়ব ওঝা অসিতন মনুং থিংন খঙখিবনি। ইং ১৮৯৩ দনা "নঙ্গি নঙ্গি ময়ুম্দ লৈব সেল্ সেমখায় পূমননক পুখৎলকও, সেল্ লখা অমদ লুপ ময়েক্ অমগি সেল্ অচোইব ময়েক্ পীগে" হায়ন লাইবক যান্দুন মৈতৈন থায়নদগি চৎনবমব সেম্খায় খোম্‌গৎখিবনি। মতম্ অদুদ সবকাবন লেপ্‌প ফৌ সঙ্বায় অমগি মমল্ লুপা অমনি। লুপা ১ গ সেমখায় ৪০০ গ

মানহৈনলি: সেম্খায ৪০০ বু সেল্ লীসীঙ্ মঙাগ মান্নৈ হায। (চৈঃ কুমঃ লা ৫০৬) মবম্ অসিন লুপা ফংনবগী দমক্ত ব্রিতিস্কি সেল পাযন মীওইসিংদ ফৌ তাইথোক্প মসান তাবনি। মসক্ নাইব অবৈ অবৈব পোৎ কয়া ইকাই-ইকি থিদন মখোযদ যোন্সিনবা মসান তারনি।

অতোপ্প মাগী অমবোম্দন, মতম্ খরগী মমাঙ্দগী হৌদুনা লম্দম্ অসিদ চৎনরকপ বেদ শবর্মাগ চৈথেংনা ফংহল্লিব লৈবাক্কী অবাব মযাম্ অদুনসু ওজা থোঙ্বিয়াগী থমোযদ অহক্প চৈথেং শীবস্নান। মী অমন মবন পুন্নমক পাঙ্থোক্পাদ ঙম্নদবনিনা, মান মান ঙম্জব পাবংদ লৈপাক খুন্নাইগী যাইফনাব তৌবম্ন তাই হায়ব বাখল পাবং অসিদ পোকঅগ মযমমকৈ পান্দবদি লৈ: অদুবু পোকঅগ সিদব হায়ব অদুদি মবৈদ্রে: আসগুম্বব সোযদ্রব থৌ অসিদ, মসাগী তোপ তোপপ নবা লৈজব মৈত্রবাক লম্দম অসিদ হিন্দুগী ওইব বেদ শবম হৎকাচনবাদনা সির্বগী কবম তৌব মতমদ লৌবী য়ুমফম্ কায়বগী অমাব চৈথেং ফংনা যাউনবিব মযাম্ অদন খন্দংদ ওইবনসু কোকহনাব ঙমগদব লমবা যেংঙকপা মতমদ ভিন্দ্রগী নাৎ মনুংমক্তদ যাউজবনা, জগন্নাথ মিস্রাগী মচাইবুং ঙো নিমাই পন্দিৎ ব্রাম্হোন্ মসামকনা হৌদোকতুনা চৎখিব চৈনাস শবম, লমদম্ অসিগী বামোন অমৎতনা চৎপিবমদন চৈনাস শবমব লৌখৎপিবমদন ওজা থোঙবিয়ান বেদ শবমবু সমদৎপিবম্বান। ঙসিগী খুন্নাইন ওজা থোঙবিয়াগী মফম্দ সিংঙমদ্রব লমন তেললবান।

কেঃ সিঃ তেন্সুব।

# করি করি য়াউরিব

ব্রারী সানজরুব অহন্‌সিং –

১। সিরি থৌদাম্‌ গনধার সিংহ (৯৬)

২। সিরিমতি থোঙাম্‌ ওংবী নুপীমচা দেবী (৯৩)

৩। সিরি থোঙ্‌বম তোম্‌ব সিংহ (৮৭)

৪। সিরি থোঙ্‌বম্‌ ঘনেসোর সিংহ (ফোতো পীবীব)

৫। সিরি থোঙ্‌বম্‌ বিহারি সিংহ (লাইরিক্‌ উহন্‌বি)

৬। অতৈ অহন্‌সিং কয়াগসু ব্রারী সানজথৌবনি।

# সৈনাস অমসুং থোঙ্‌বিয়া

## সৈনাস ধরম (সংন্যাস ধর্ম্ম)

সৈনাস ধরম লৌববু বেস (বেষ) ওনব, ভেক্‌ লৌব অসুম্‌ন হায়নরম্‌মি। মৈত্রবাক্ত সৈনাস ধরম লৌবগি মরৌ অনী চৎনৈ। ১/ সিদ্রিঙৈদ হায়বদি পাংগল্‌ কল্‌লিঙৈদ লৌব সাধারোন্‌ সৈনাস হায়ব অম, ২/ সিরম্‌দাইদ হায়বদি য়াররোই খঙ্‌ঙব মতম্‌দ লৌব আতুর সৈনাস হায়ব অম অনী অসি চৎনৈ।

সাধারোন সৈনাস — পাংগল্‌ কল্‌লৈঙৈদ সৈনাস ধরম লৌগে হায়রবদি নুমিৎ ফৈ ফৎতে য়েংবগি দরকার লৈতে। ভেক্‌ লৌগদৌরিব নী অদুন গুরু ওইগদৌরিব গুরুগি চোরোনবু কোক্ত হাপ্তুন "গুরুদেবগি চোরোনন্‌ হিগি মসক ওইদুন তোল্‌লব ঐবু সংসার ঈপাকতগি লান্‌বীয়ু" হায়ন প্রাথনা তৌজগনি। মদুদ গুরুন "নঙ্‌ ভেক্‌ ফংজরো।" হায়বগ লোয়নন মখাগি সংস্কার ১০ অসি তৌহন্দুন সেংদোক্‌পিগনি। মসিবু ভেক্‌ লৌব কৌরি।

১/ চরা হেনব ২/ সম্‌ কোক্‌প ৩/ তীরথস্নান্‌ তৌব ৪/মালা পায়ব ৫/ চন্দোন্‌ থিন্‌ব ৬/মিং থোন্‌ব ৭/মন্ত্রদান তৌব ৮/ কৌপীন্‌ সেৎপ ৯/ ক্রিস্ন (কৃষ্ণ) পুজা তৌব ১০/আত্মসমরপন্‌ তৌব তরা অসি গুরুন সেবোক্ত তৌহন্‌ববু ভেক্‌ পীব, সেবোক্‌ন হায়রিবসিং অদু ইন্‌ববু ভেক্‌ লৌব কৌরি।

সংস্কার তরাসি তৌবদ নুমিৎ নিনিদি চঙ্‌ব তাই। সংস্কার খুদিঙ্‌মক মনত্র লোয়নবনি। মিং থোন্‌বদি সেবোক্‌ অদুগি হান্‌নগি মমিং অদুগি অহান্‌ব ময়েক্‌ অদু লৌরগ হৌব সিরিক্রিস্নগি (শ্রীকৃষ্ণগি) নাম্‌ অমগি মখাদ "চৈতৈনদাস" (চৈতন্যদাস) অসুম্‌ন থোন্দুন সেবোক্‌ অদুবু,

ফোংন কৌগানি। খুদম মাংগোনজাও কৌনা নুপা অমগি অতানবু মযেক্ 'ম' লৌবগ "মাধবচৈতন্যদাস", নুপী ওইবগ "দাসিনি" অসুমন থোন্নৈ। মনত্ৰদানাদি নাম ১৬ না সাব হৰিনাম্না তৌনৈ। অদুগি তুংদ গুৰুন সেবোক অদুদ মনত্ৰবাজ তমবিগনি। "ক্লীং কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় স্বাহা" হায়ব অসিনি। কৌপীন, সেৎনব দোৰ্বাদ (ডোবিকা) ব্ৰাহ্মণনা কন্নাবিনা নাইব লংদুমগী লংজা ৯ না নামন ওইবগ অদুগুম্ব ও না তিন্দুন থাঙ্জিঙ্ তাব অদু গুৰুনা পাযবগ সেবোক্লাক মখাংদ যেৎলোম্ থংব নাকন্দ- "হৰে কৃষ্ণ হৰে কৃষ্ণ ডোবিকায় নমঃ" অসি সোন্দুন পুন্গনি। "কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৌপীনায় নমঃ" অসি সোন্দন কৌপীন সেৎকনি, "হৰে হৰে বহিৰ্ব্বাসায় নমঃ" অসি সোন্দনা বাহিৰবাস সেৎপিগনি, "হৰে ৰাম হৰে ৰাম দণ্ডায় নমঃ" অসি সোন্দুন চৈসু পীগনি, "ৰাম ৰাম কমণ্ডলবে নমঃ" অসি সোন্দনা কমন্দলু (যৰীখুজাই) পীগনি, "হৰে হৰে ঝুলায়ৈ নমঃ" অসি সোন্দনা ঝুলিৰূপ পীগনি। অদুগি তুংদ পোৎলম্ ১৬ না নৎত্ৰগ ১০ না নৎত্ৰগ ৫ না সিৰিক্ৰিস্ন পজা তৌগনি। অদগি তুংদ গুৰুন সেবোকত আত্মসমৰপন তমবীগনি।

**আত্মসমৰপন**— ঈসোবদ (ঈশ্বৰ) ঈস' পুন্নমক অশাকপ লৈতব পূমকৎ কৎথোকপবু আত্ম সমৰপোন কৌবি। কৈদৌবগি কৎথোককদৌবিবনো হায়ববদি "সৰ্ব্বধৰ্ম্মান পৰিত্যজ্য মামেকং শৰনং ব্ৰজ। অহং ত্বাং সৰ্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচঃ ॥" (১৮/৬৬ গীতা)। ধবম পূম্নামক থাদোক্অগ অমৎত ওইব (অদ্বৈত ওইব) এঙোন্দ চণ্ডজৌ, এনা নঙবু পাপ্ পূমনমকতগি কোক্পিগনি বাগনু হায়ব ভগবান্ সিৰিক্রিস্নগি প্ৰতিগিয়া (প্ৰতিজ্ঞা) অসি লৈবন মদুদ থাজব থম্দুন আত্মা সমৰপোন্ তৌবনি। সিৰি ভগবান্গি অসিগুম্ব অবুৰ অমসুং অৱাংব থাৰ্কি প্ৰতিগিয়া (প্ৰতিজ্ঞা) অসিগি ৱাপুথোক্ অমসুং ৱাহন্দোক্তি ব্ৰমহতৎত্ব (ব্ৰহ্মতত্ত্ব) শঙদবন হায়বদ মথোঙ্দ হৃক্তব যাবগি অমাঙ্ৱ

লৈবানি। ব্রহ্মতত্ত্বগী হকতুংনদি “শ্রীকৃষ্ণ” হায়বা বাক্তি অসিমক্কি অৱাংবা থাক্কি বাংউলোন (অধ্যাত্মা-বিজ্ঞান) ফাউবা মথোংগদা হকতবা য়াই। নিবুক্ত হায়বদি বাক্তি খুগায়দুনা য়েংবখক তনা য়ারোই। মরম অসি লৈবনা ব্রহ্মতত্ত্ব খঙবা ব্রাহ্মণ তনা (ব্রাহ্মণশিংনা) গুরু ওইনবগী অপকপা ওইবগনি। লাইবিরসি মন্ত্র অদুবু মিনা পনদু নংতে, খঙবদা।

**আতুর সৈনাস** — মা মতাক অদা সৈনাস লৌরগা পামজাবা, শুমজদনা লৈবকা। অমরু সিবমদাইগা মতমদ হায়রদি য়াররোই হায়বা খঙ্গনবগী মতমদ আতুর সৈনাস ধরম আসপীনি। আতুর সৈনাস তৌবগী মতাংদা সৈনাস লৌরগা সৌগদৌরিবা মতাক অদু সিরমদাইগী মতম ওইরবা মদুর্লবিলা সমদংবা। যাওমেতসি পমদৎলগা ঈশ্বরগী মাবদা চন্দোন থিনবিরগা থাল থাংদুনা কৈপানা অমসং বাতিরনাস পাদা সিগদৌরিবা মতাকপু আত্মা চমনপোনা তৌওগদোনা হায়রি। সিরমদাইগী ফবরা মতম অদুদা মমাংলোনদা নাংতবা অবৎদা খঙদবা সাংবা সালোক থাদুনা লৈবা শুমফম থোকপনা ব্রহ্মতত্ত্ব খঙবা গুরু অদা “মাতমকং” হায়বা “অদ্বৈত” অদুদা হায়রদি সিরাক্রুমদা পম্মামক কৎখোক্লেবানি হায়বা ভাগ অসি গুরুনা মতৎ সিনারদনা সাধসংগা তৌবগী মতংদা হায়রবফম থোকই। মদুসিং অদু থেক তারদ সিগদৌরিবা মতাক্তা পুকাননাসু আত্মা সমরপোন তৌজবা ডম্ব মসান তাবানি। মরমদি দেত্তৈরা থাদোকঅমগদৌরিবা আত্মা অদুগী অশান্ত হানবা লৈত্রবানি।

**নৈনবা** — সৈনাস (সংন্যাস) হায়বদি সং ফজনা, চঙ্খোন্‌না, মওংতান + নিয়াস (ন্যাস) হায়রদি থম্ব নৎত্রগ যুংহাসনা নৎত্রগ য়ুংখৎপবু হায়বনি, থাদোক্পা হায়বা নৎতে। মওং তান ফজনা চঙ্খোননা থম্‌গদৌরিবা পোৎসক্ অদুদি কাবিনো হায়বদা মোন্ পক্কানং হায়বা আসনি। সৈনাস-পু কনাগুম্ব ওজাসিংনাদি থাদোকপ সংসারগী পূর্ণনমক্ থাদোকপ পূর্ণথা-থাদোক্পা ওইনা আবথ তৌনবসু য়াউবা। হক্চাং অসিফাউবা থাদোক্অমবা

(ত্যাগ) হাযবদি মসিবু ওইনা লৌনবস্ যাডাব। অদুবু গোবচন্দ্র [illegible] সৈনাস থবম লৌবব মতুংদা হিংদুনা অদুম্ লৈবম্মি, সৈনাসি অম ওইবাগ তৌফম্ থোক্‌প থৌ (কর্ম্ম) কযা অদুম্ তৌদুনা গৌব ভক্তসিংবু লম্জিং লম্তাক্‌পিবম্বনি। মবম অসিনা হন্দককি থাদোক্‌প হাযবিব বাতাস [illegible] (ত্যাগ) তৌব হাযব আবথ অদোম্‌দ পৃগদব নৎতে হাযব মসানা তাবে।

পৃর্ব্বনিং হাযব অসিদি সিবম্‌দাইগি মিকপ অদফা ভব গোবিন্দন [illegible] লৈবনি। মীওইব ঐখোযগি অয ফৎত পূন্নামকাদি লনযানব [illegible] পূর্ব্বনিং হাযব অসিতন ওইবনি। মোংওব পম্নমক্ পন নিংন [illegible] মিৎন টবুবদাগ, নাকোংন তাববদাগ, [illegible] নৎত্রব হৌখ্রব থৌদোক বাথোক্‌সিং নিঙ্গসিংঙ্গবদাগ নৎ [illegible] পূর্ব্বনিংগি অপাম্বন কযাদ মোন্দ্রং সানন্নবদাগ [illegible] পূর্ব্বনিংনা মোংনবাগ মবম ওইবিব পূন্নমক অদন [illegible] নিঙ্গনযম্ নৎত্রগ সোন্নেফম ওইবিব মসক নৎতগ [illegible] অদুখক্তদ পুক্‌নিংব লেঙ্গন্দন [illegible] (সংন্যাসং) কৌবনি। মনত্র অদ নৎতে, থিজেং [illegible] নৎতবান। মদুসং অদুদি মপানথোংগি [illegible] সৈনাস হাযব অসিদ পূর্ব্বনিংগি থিভম্ অদুখক্তদ ওইগদ [illegible]

**কবিগিদমকত সৈনাস ?** — ঐ হাযনাদন ঈসা আসা সিক [illegible] সিবনি, অমসুং পোক্‌পনি হাযবদি পোক্‌প [illegible] অসি হক্‌চাং অসিগি মন্যংদ মতম পূন্নমকত ঈথোকত [illegible] থৌনি (কর্ম্মান)। মবম্ অদুমক্তন অংবাং, [illegible] মথং ওইবক্‌পনি। হোংঙবা পূন্নামক আস [illegible] অসিন সিব অমসুং পোক্‌প হাযবিব কবম আসাদ [illegible] মন্যংদ হাযবদি ঐ-ঐগি পুন্সি মন্যং অসিদ মসাঙ [illegible] লৈবিবনি। বাতা অমবোম্‌দ হিংব হাযবসে কবি [illegible] নৎতবনি ঐ [illegible]

পবেংনি হায়বদি কবম মালানি। থৌ— থবক্ (কর্ম্ম) হায়ব অসিমক্তনু হান্নগি মখাতাথবনি। ঙবাং সুনদ লোইব ঙম্হৌদব সবুক্ অদু ঙসি সুব ঙসি লোইব ঙম্দবন হয়েং সূব তাবনি। মবম্ অসিন থৌ অমগি অবোইব মতাং অদুন মথংগি থৌ অদুগি অহৌব ওইব হায়বসি মসান তাবব ৱাফম্নি। পোক্প অমসুং সিবগি তৎন্নদি মসিনি। ঙসি সব থৌগি মখাক্ থৌখাক্ লৈহৌবদু হয়েং সূব তাব, হয়েংগি থৌখাক্ন হংচৎ, হংচিৎকিনা মসেম্ সূব তাবনি। কবিগুন্ন ঙমজদুন থৌখাক্ থনম্দব তাববদি থৌদাগ তাম্থোক্প-থৌতান্ন হায়বদি সংসাব সমদ্র পাব তৌব কৌৱি। থৌ তৌদুনতা লৈব, থৌ চিন্খ্রেন এমহান থৌতাৰ্মানিঙদন থৌতান্ন যাব সাধোন, সাজেন তৌঙন্ন মীওইপোকপু মিহৌবমব যাই। পোক্আবদি সিব সোযদ্রে- হায়বসি ঐখোয়ন খঙব ঙম্ব লমনি। অদুগ সিববাদ পোক্প সেংগদ্রে হায়ব মতাং অসাগ বাহন্দোক অমসুং নাপথোক্তি লাযদবনি। সিবগ অমুক্ পোক্প হায়বিবসি থৌ অমাগ থৌখাক্ থৌনিংচৎ অদুগ নানি, মসা-মসক্ অদুগি না নংতে; মদুসিং অদব্দি মচাদ মসূদ অদুম্ লৈহৌববনি। থৌতান্ন-থৌ-কবমগি লীপুন্নগি বাংমদ লৈনব পান্নাদ থৌ মতৌদ লৈবনিনা মদুগিদমক্ত সৈনাস নবমন পান্নে ওইবনি।

পুন্নসি অসিগি মনুংদ ঈসা মনংদ মিকপ খদিঙ্গাগ থোকইব পোক্প অমসুং সিবগি মসাঙ্ লাক্ঙমদ্রব থৌসিং অদুবু খঙঙদ্রবস মপোক্ অসাগি পনিকোব বাংম লান্ব অচৌব থৌ 'মহাপৰিনিববান' হায়বদি পন্নসাগ অবোইব মিকুপকি চিবব মতম্ অসি থোইদোক্ হেন্দোকন মবুওইব চেক্সিনফম্ থোক্প মতাংনি। গাব থৌবদৌন নংত্ৰগ হি হোনবদৌন খূদক্ খূদক্ত মমায় চুন্ন যাবসু নংতে। মিকুপ অদুদ ওইনা পুক্নিংগি ফিভম মনাবস্তা নংত্ৰগ মনাস্তাতি অদতন মথংগি কবম হৌকগদৌবিববনি। মপোক্ অমগি অবোইব অদুন মথংগি মপোক্কি অহৌব ওইব হায়ব অসিবুদি মথক্ত নৈনখিব কবমমালা আসদাগ অদুম্ লাযন খঙ্ব

ঙম্মবনি। ব্রাফম্ অসি ঐখোযন মঙ্ মঙ্ব হাযব অম থেংনবিব অদুগ উপমা তৌব যাই।

**মঙ্ মঙ্ব**— ঐখোযন তূম্মগে হাযদুন ফমুংদ হিপ্তুন তূম্নবু ঙাইদুন লৈনবনি। অসুম্ন ঙাইব মতম্ অসিদ পুক্নিং অসিন সম্নদব ব্রাফম্ কযা পবেং পবেং পুসিল্লক্ই। অদুবু কবম্ন মিকুপর্তগি তূমখিবগে হাযব কনাসু খঙ্নদবনি, মদুবু খঙ্নব হোৎনবসু ঙম্দবনি। খঙহৌদন তূম্গ্রে, মঙ্ মঙ্ঙে, মঙ্লৈবাক্ত লৈবে। মঙ্নি হাযব খঙ্দ্রে, অসেংব তাইবঙ্ ওইন অদুম্ উবনি। উবিব পূম্নমক্ সম্নব সৌজিন্নব ঈযা যাদব উচেকতৌন অতিযাদ পাইবগুম্ব, পিক্খ্রব হৈগ্রুন নুঙ্জাও অমগুম ওন্থবক্পদ নন্গে তৌবগুম্ব, উতিল্ অর্মাগ মথক্ত সাম্ন অমন তোংদনা চৎপগুম্ব অসিগুম্ন সম্নদব, মথোঙ্দ হুকতব মযাম্সে মঙলৈবাক্ অদুদ লৈবিব অদুর্কি মখৈ অদুম্ চুম্বনি। হযেং মিকপ্ থোক্তুন অসেংব তাইবঙ্ ফাউবব মতমদত মঙ্নি হাযব খঙনবনি। নিঙনফম্ ওইবিবা মসক্ নৎত্রগ মফম নৎত্রগ ফিভম্ অদুদ অনী লোঙ্দব পুক্নিংন হোযসাং সিৎন ঈবী তৎতন লৈদুন তূম্ববু ঙাইদুন লৈবদ যাম্ন থুনসু তূম্বনি, মথোঙ হুকতব মঙ্সু মঙ্দবনি। মদুম তৌন তৌন কবিগুম্ব মথোঙ্ হুক্তব মঙ্গকা মঙ্ব থোক্অবদি তৌবিব সাজেন্ সাধোন্ সংসকাব অদুদ অসোযব যাউবম্মাল্লে হাযবসি ঈসা ঈসান খঙজব তাবনি। তূম্বদ মঙ্ মঙ্দববু নুঙাইন তূম্ব কৌবি, মঙ্ মঙ্বদি নুংঙাইব খুৎতূম্ কৌদে মঙ্লাক্নদুন সিবফাউব যান লৈবনি। মবম্ অসিন তূম্ব ঙাইব মতম্দ সান্নখিব পুক্নিংগি মোন্দ্রঙ্সিং অদু মঙ্ মঙ্নবগি মবম্নি (কাবননি)। তূম্ববু ঙাইব মতৌ অদুগুম্ন মহাপাবনিববান্ হাযবদি সিববু ঙাইবিব চিবব মতম্ অদুদ মসাগি সাধোন্ লৈজবক্পন মাগি সাধোন্ কাযহন্দনব হোৎনবিব, সাধুসংগবু হান্নদাগি পাম্জবক্প মীওই ওইবগন অখঙ্ব অমসুং পুকচেল্ খোযজেল্ তিন্নব বৈস্নোপসিংগ (বৈষ্ণব)

সাধুসংগ তৌজব যাব ফিভম্ সেম্‌বিফম্ থোক্ই। মদুম্ তৌব থৌওং অদুবু সৈনাস ধবম হাযব ব্নানি। থীবিব মানসু ত্নাবিব মানসু কবি হাযবিবনো হাযব মথোঙ্ খঙ্‌দব চিন্‌ফা পুব সিলোক্ খব মতৌ মান্নব পওথী থীজিন্‌ব, চবাঙ্ খোযবাংনব ফিভম্ থোক্‌হন্‌ব সৈনাস ধবম্‌গি বিবুর্ধনি হাযবদি ওন্‌ন তৈন্‌বনি। গৌবিয সমপ্রদাযগি আত্নব সৈনাসকি মতম্‌দ খ্বাযদগি মকওইবদি সাধুসংগন নিঙসিংনবনি অদুগ গিযানগি লম্বীদ (জ্ঞান মার্গ) চৎচব ব্রমহসাধকসিংগিন হাযবিব মতম্ অসিদ মসাগি সাজেন সাধন অদুন মবুনি। ফিভম্‌সিং অসি কাযদনব হোৎনবিফম্ থোক্ই। যাম্‌ন সেংন হাযববদ ঐখোযন অসেংবনি হাযদুন লৈনবিব, খৎনবিব, চৈনবিব, লাঙ্‌নবিব মযাম্ অসিবু মঙ্‌লা অসেংববা হাযবফাউব তঙ্ তাব মওংদ খঙ্‌দ্রিবনি। মঙ্‌লৈবাক্‌ত লৈবিব মীনবু মঙ্‌ঙিঙৈদ অসেংব নৎতে হাযব ঙম্‌ব মতিক্‌লা '? কবম্ব মতম্‌দ খঙগনি '? মফম্ অদুদগি লাক্‌অগ মঙ্ মঙ্‌ঙম্‌মগ অমুক্ মিকপ থোকতুন মফম্ অদুদ যৌব মতম্‌দত মঙ্‌নি নৎত্রগ অসেংবান হাযব তাংদাংন খঙ্‌ব তাবনি। ব্রমহদগি ওইবক্‌খিব ঙাক্‌তনি ব্রমহদ সোদন তিল্‌লুগদৌবিবনি, তিনজবোই হাযবগকা যাব নৎতে। হৌভম্ ওইবিব ব্রহমহদ হেক্ তিনবদ হাযবদি মহাপবিনিববান্ হাযবদি সিব হাযব ফিভম্ অদু হেক্ ফংবদ মঙ্‌ফাউনব হাযবদু ওইব তাবনি। অদুম্‌ন মঙ্‌ফাউনবব মতম্ অদুদ যাইফবুনব মংগোল ওইকনব সৈনাস ধবমগি লম্বী চৎপ তাবনি।

**নিঙ্‌নফম্** – মথক্‌তা নিঙ্‌নফম্ ওইবিব মসক্ নৎত্রগ মফম্ নৎত্রগ ফিভম্ হাযব ব্নাতা অম হেক্ হেক্ পল্‌লিবসি ব্নাযেৎ চঙ্‌ব যাব মতাং অম ওইনা থোক্‌এ। সেংদোক্‌প অমা চঙ্‌ঙে।

'অঙন্‌ব মতম্‌দ প্রিথীবি অসি কযাম্ পাক্‌চাওবগে হাযব ঙমখৈ সিমানা খঙ্‌নবম্‌দব মীওইবনি। ঙসিদি পিক্‌খ্রব প্রিথীবিগি ব্নাদি লাযবদুন অফোংব জগৎকি ঙমখৈ সিমানা ফাউব পুথোক্‌নবব মতম্‌নি। অদুবু

অঙনব মতম্দ লৈবম্ব ব্রাংউলোন্ সূব অসিংব পন্দিৎসিংগি অব্রাং অব্রাংব ব্রাখল্লোন্সিং অদুদি ঙসিসু অদুম্ বাংন লৈবি, হন্থব লৈতে। অদুবু ঐগি ঐগি ওইব কাঙলুপ ফুবুপ্ন মহেল্লে হাযব ঙসিগি ব্রাখল্লোন্সিং অসিন অঙনব মতম্গি অসিংবসিংন কাইহৌবম্ব অদুদ দোস পীনব চুমদে হাযবসিমদি প্রিথীবি অপুম্বন যানবিব ব্রাফম্নি। ঐন ঐন লৈবিব যুম্ অসিবু অতৈগিগ যেংনব মতম্দ কম্দৌবিবগে হাযব খঙগে হাযবর্বাদ যুম মনুংদ লৈবন খঙ্ঙেই, মপান্ থোকতুন যেংনব তাবনি।

নিঙ্ঙনফম্বব সংসক্রিৎ লোন্দ "হরি" আবরি লোন্দ "অল্লা", ইংলিস লোন্দ "ফাদব", মৈতৈলোন্দ "সিদব" বোদাম্বগি লোন্দাদ "ব্রম্হ" অসম্মন হাযনব বাঙনি, পোৎসক অদুদি অমৎতনি। আবথাদি অচৌব মতিক্ লৈব হাযবনি। যেৎনবিব মযামসে লোন্ অদুখক্তদনি হাযব মমৎ তান খঙ্নবর্বাদি অদুম্ তেনব গাবনি। মবম অদুমকতন অখঙ্ঙবসিংন "ঈসোন অল্লা তেরে নাম" হাযব মহামনত্র অসি সকন সোননবম্বনি। লোনাদন্ কবিগি তাথীফম থোক্পনা ' হাযবিব নিঙ্ঙনফম আসন্ মান মান পাম্জব হৈনজব ফিভম্দ কনাগুম্বন মূর্বতি-সক্তম্ সাগৎলগ নিংখৈ, কনাগুম্বন নিবাবাব হাযবদি সক্তম মূর্বতি সাগৎপ তৌদন নিংখৈ। অবাইন মতম্ন লাক্অবদ মাগ মাগি নিঙ্ঙনফম্ অদুদ অনী লেঙদব পুক্নিঙন (অদ্বৈত ভাবন) চপ গংসিনব হাযব থৌওং আসাদি জগৎ পুম্নমক্ তৌনাবব ঙাকতনি। মবম্ অসিন সৈনাস হাযব থৌ (কর্ম্ম) অসিদি খ্রিস্তান ধবম চৎপ কাঙবুসু ইস্লাম্ ধবম চৎপ কাঙবুসু, বৌধ ধবম চৎপ কাঙবুসু তৌনবিব চৎনবিব ঙাকতনি। থৌওং খব খব খেন্নবাগ বাঙনি ভাপতি মান্নবনি।

পুক্নিংদ মোংব পুম্নমক পুম্থা থাদোক্অগ নিঙ্ঙনফম্ অদুদ পক্নিংবু চেকসিন্ন মওং চুম্ন চপ্ যুংন লৈহন্ব ফিভম্ অদুবু সৈনাস কৌরি হাযবসি মথক্তসু পনগ্রব অদুনি। অদুবু নিঙ্ঙনফম্ অদুদ পুন্সি

চুপ্ন পুক্নিং অসিন চপ যুংদুন লৈব- সৈনাস ওইব ঙম্মোইদব মবম্ কযামবুম্ লৈবি। মবম্দি হিংব হাযব অসিদ মনুং অমসুং মপান্গি ওইব তৌদবা যাদ্রব থৌ- কবম কযামবুম্ লৈবিবনি। অদুন পুক্নিংসে মোংদবদি ঙম্নদবনি। অদুদি কম্দৌব তাই ? "সংন্যাসঃ কর্ম্ম যোগশ্চ নিঃশ্রেযসকবাবুভৌ। তযোস্তু কর্ম্মসংন্যাসাৎ কর্ম্মযোগো বিশিষ্যতে ॥" (গীতা ৫/২)। সৈনাস হাযবদি থাদোক্পসু কবমযোগ হাযবদি কবমদ লুপ্সিন্বস্ অনীমক্ লানন খুবম্ ফংনব লম্বীনি হাযবদি ধবমনি। অদুম্দি ওইববদ "কর্ম্মসংন্যাসাৎ" কবম থাদোক্পদগিদি "কর্ম্মযোগ" কবম্দ যোগ ওইব হাযবদি পুক্নিং যুংসিন্বনা হেল্লি হাযবি। মথক্তন সৈনাস ওইযু কবম থাদোকউ হাযগ্রগ যৌজিক্ন অমুক্ "কর্ম্মযোগ" ন হাযবদি কবমদ লুপ্সিন্বনা ফব হেল্লি হাযন অমুক্ হাযবে। তসেংবদি ঙাউবিববসি যোগগি আবথদনি। যোগগি বাফম্ অসিসু যাম্ন পাক-চাওগ্রব মবম্ অম ওইবন সাধুসংগ তৌবন খঙ্ব ঙম্ব ওইবসনু। অদুবু সম্তক্ন হাযববদ যোগদ লৈব হাযবসে পুক্নিংন পুক্নিংদ লৈববুনি, পুক্নিংদি অবৈব মসক্ নৎতে, সুইনোনি। পুক্নিংন সুইনোদ লৈবদ সংসাবগি অমোংপ অমৎত চঙ্দে, ফিঙম্ অদুদ লৈবগ কবমগি ইন্দ্রিসিং আসতন কবম তৌববু "কর্ম্মযোগ" হাযব ব্রানি। অসম্ন ব্রাহৈদ "নিস্কাম কর্ম্ম" হাযনবনি। খুজাইগি ঈসিং পুখ্রিদ হৈধবগুম্ব যোগনি। ব্রম্হদগি ওইবক্প ব্রমহদ তিন্সিন্ব থৌবু যোগ হাযবনি। ব্রমহ কাবনো হাযব তাংদাংব খঙ্দব অসিমসু ঙাউনবগি মবম্নি।

কবম সৈনাসতগি কবমযোগন ফব হেল্লি হাযবসিদ কবমগি মতৌ কম্দৌব হাযব অম লৈবে। "কাম্যানাং কর্ম্মনাং ন্যাসং সন্ন্যাসং কবযো বিদুঃ। সর্ব্ব কর্ম্মফলত্যাগং প্রাহুস্ত্যাগং বিচক্ষনাঃ ॥" (গীতা ১৮/২) আবথদি ঈসা ঈসাগি ওইব অপাম্বনি মথা পোন্ন তৌব কবম থাদোক্পবু সৈনাস কৌব্রি হাযন অখঙ্বসিংন হাযবি। ব্রাংউলোন্ সুবসিংন (বিচক্ষনা)

সূজমল্/তৌজমল্ থাদোক্পবু তিযাগ (ত্যাগ) কৌৰি হাযবি। হাযবিব পূম্নমক্সি থৌ (কর্ম্ম) তৌগনু হাযব ৱাফম্দি অমৎত নৎত্রি; পুক্নিং মওং অমসুং পুক্নিংন লৈগদব মবৈ অদুখক্তংগি ৱা ওইন তৌবি। মবম্ অসিন সৈনাস/তিযাগ হাযবসে, ঐদি সৈনাস ওইজবে হাযব অমসুং বেস (বেষ) ওন্ব অদু নৎত্রি। মদুসিং অদুদি মপান্থোঙ্দ উৎথোক্পতনি। মবম্ অসিন সৈনাস হাযব থৌ অসিদি মনুংতগি ওইব হাযবদি পুক্নিং হাযব অসিতগি ওইব থৌনি-(কর্ম্মানি) হাযব মসান তাবে। মবম্ অসিন সৈনাস অম ওইবগি মযোল্দি থমোয সেংব, পুক্নিং লূব অসিনি। মবম্ অসিন থমোয সেংনবগিদমক হাযবদি অমোৎপ পুক্নিং সূদোক্নবগিদমক্ "যজ্ঞদানতপ:কর্ম্ম ন ত্যাজ্যম্" জৈগনে, দাননে, তোপ তৌবনে থৌ অহুম্ অসিদি থাদোক্ফদে হায়বিব্নি। খ্বার্যগি যাইফগদব থৌবু "ব্রহ্মকর্ম্ম" কৌবি। হায়বিব জৈগ-দান্-তোপ্ হায়বিব থৌ অহুম্ অসিদি জগৎকি যাইফনব থৌনি ব্রম্হকর্ম্মনি।

**জৈগ (যজ্ঞ)** — পুবানা বেদগি হাযবদি অবিব মতম্গি বেদগি জৈগদি হিংসা তৌবনি। গোমেধ অসমেধ (অশ্বমেধ) অমসুং নবমেধ খুদম্নি। জজুববেদ (যজুর্বেদ) অসি জৈগগিদমক্ত অতম্নব বেদনি। মতম্ন যাবক্ত্রবদ গৌতম্ বুধগি "অহিংসা পবম ধর্ম্ম" হাযব অৱাংব থাক্কি ব্রম্হতৎত্ন অসি লৌসিনদব যাবক্ত্রবদ ৱাযেৎ কযা লাক্পদগি মথং মথং নৈনবক্প মতম্দ বেদান্ত দবসন (দর্শন) থোববতুন উপনিসদ (উপনিষৎ) কযা থোবক্কি। উপ-নি-সদ্ হাযব ৱাহৈ অসিগি আবথদি উপ-মাগি মনাক্ নক্সিল্লগ, নি-সুক্সোয সোযদন (নিশ্চয), সদ্-মেন্তাব/ভাপ তাব ঙম্মি হাযব ৱানি। সংসাবগি ওইব অতাওব ৱাখল্ মাঙ্হন্বগ লোযনন ব্রম্হ ফংনব মহৈগি (ব্রহ্মবিদ্যাগি) মমিং উপনিসদ (উপনিষদ্) হাযন খঙনব ৱানি। ভগবৎগীতা হাযব উপনিসদ অসি ব্রমহবিদিযাগি থোইদোক্ন মবু ওইব অমসুং মপুঙফাব উপনিসদনি

হাযন অযাম্বন লৌনৈ। গীতাগি মতুংইন্ন জৈগগি আবথ হিংসা নৎতে, কৎথোক্পনি। কৎথোকপগ কৎপগ আবথ খেন্নৈ। লাম্মব মীদ ঐন চাজগদবা চবা অদুম্ পীজথোক্প কৎথোক্পনি, অসোল্ অনা-কযা কন্নব হোৎনবদ অৱাব কযা'ম মাযথোক্নবিব কৎথোক্পনি, উপাল্-ৱাপাল্ হৈপাল্ লৈপাল্ থাব পুখ্রি তৌব অসিনচিংব থৌসিংসে কৎথোক্প থৌ কৌরি। জৈগগি আবথ মসিনি। নিংথৌদ হৈ লৈ সনা লুপা খুদোনপোৎ তম্ববদি কৎথোক্প হাযনদে, জৈগ কৌব যাদে।

জৈগ তৌব হাযবদি কৎথোক্প হাযব অসিগি নুংলোন বাখল্ অহুম্ লৈবনি। মতাং অসিদ কৎথোকহৌদ্রবদি মীন ঐবু পীন হাযনখিব তাবে হাযদুন মীগি মীচৈ কিবদগি কৎথোক্প অসিগুমব মখল্গি কৎথোক্প অসিবু তম-গুনগি ওইব মকৎথোক কৌবি। খ্বাযদগি হন্থব থাক্কি ওইব মকৎথোক্নি। অত্তোপ্প অমন মিংচৎ পামবদগি পুঙ্ সেল্গকা পীন্দুনা মীযাম্ তিলহন্দুনা তৌব কৎথোকপগি থৌ মতৌ অমসুং মকৎথোক অদুবুন বজ-গুন্গি ওইব মকৎথোক কৌবে। অনী অসি নৎতব হাযবদি কিদনা নৎত্রগ ইকাইদুনা তৌবসু নৎতব, অদুগ মিংচৎ পাম্দুন তৌবসু নৎতব, ওইবক্ ওইবক্প ফিভম্ গেংদুন মসাগি বাফম্ কাওথোক্তুন তৌব কৎথোক থৌ অদুবুন সত্ত্ব-গুন্গি ওইব মকৎথোক্ কৌবে। সত্ত্বদগি বজন হন্থৈ, বজদগি তমন হন্থৈ হাযন মখল্ অহুম্ অসিগি খেন্নব হাযবুবগি বাতনি। অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু জৈগ হাযবদি কৎথোকপ হাযবিব থৌ (কর্ম্ম) অসিমক্তি মনুংগি অমোৎপ সুদোক্-সোংদোক্নব হাযবদি নুংসেংনব নুংজেংথৌ অমদি সোযদন ওইনবিবনিন কৎথোক্প হাযব থৌ অসি থাদোক্হৈদব থৌ অমদি সোযদন ওইফম্ থোক্অবনি। জগৎকি ধবম্ম পূমনক্কি মযোল ওইব সাধোন্দি মনুং সেংব অমসুং নোলুক্পনি।

**দান্** – পীথোক্প, অমগ অমগ মসেল্ পীথোক্নব হাযব অসিমক্তি মহৌসাগি পথাপ্নি, মহৌসাগি ওইব থৌনি। খুদম্– প্রিথীবীদ লৈবিব মীওইব খুদিঙ্মক্ক অমুক্ হোন্জিন্বদ মতিক্ চাদ্রব হূগি মসক্ ওইব সেংদ্রব নুংসাসোববু মিকুপ্ খুদিঙ্গি থাদোবক্ই। মবম্ অসিন মীওইবন হিংদুনা লৈবদ মতিক্চাব মফম্ ওইবম্লবোইদৌব প্রিথীবী অসিবু মথক্ অসিদ হৌবিবা উপাল্-ৱাপাল্ পাম্বী পান্দোংগি পাক্-চাওখ্রব উমংন অদুগুম্ব হূগি মসক্ ওইবব নুংসিৎ অদুবু মচিন্জাক্ ওইন লৌসিল্লগ জিবসনচবনি কৌব নুংসিৎপু পীথোবক্তুন মীওইবন ঙসিফাওবদ হিংদুন লৈজব ঙম্নবিবসি উমংগি মপান্দগিনি। মবম্ অসিমকতন উমংবু লাইনি হাযদুনা উমংলাই কৌবনি। মতৌ অসুম্ন অমগ অমগ মসেল্ পীথোক্নব হাযব থৌ (কর্ম্ম) অসিতন মবম্ ওইদুনা জগৎ অসিবু অহিংব জগৎ হাযবদু ওইহল্ললিবনি। অবৈবন লৈতবদ পীথোক্প দান্নি। কৎথোক্পদৌন দান্ তৌব হাযবদি অমগ অমগ মসেল পীথোক্নব হাযব থৌ অসিসু সত্ব রজ-তম অহুম্ থোক্ন খাযদোক্প যাই। দান্ তৌব মতম্দ হেন্ন মতিক্চাব পাত্র লৈন লৈন ঐগ মবী মতা থোক্নব, নুংসিনব, চান্নব অমসুং তুংদ ঐগি কান্নগদব যেংদুন তৌব দান্ মতৌ অদু তমগুন্গি ওইব দান্ মতৌনি। অমন য়াদি দান যাম্ন তৌগন্ব, যাম্ন পুক্চেল চাওব মীসর্কান হাযসনু মতাগুম্, খ্বায খঙ্জহৌসনু হাযব মওংগুম্ তৌব দান মতৌ অদুবুন বজগুনগি ওইব দান মতৌ কৌরি। অমন ঐন তৌবনি হাযব ফাউব খঙ্হন্দনবা হোৎনব লোযনন দান্ পাত্র ওইগদৌবিব মহাক্ অদুগি অৱাব অৱাৎপ লৈতবগি মতাং খঙ্ন অমসুং মতাং চান লোন্ন থুপ্ন তৌব অদুগুম্ব মখল্গি দান্ মতৌ অদুবুন সাত্বিক্কি ওইব দান্ মতৌ কৌরি। অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু দান তৌব হাযব থৌ অসি তৌব মতম্দ তৌবিব মহাক্কি অমোৎপ থমোয সূদোক্পদ থোইদোক্ন মতেং ওইনবনি। মবম্ অসিন দান্ তৌব হাযব থৌ অসিম থাদোক্ফদে হায়বি।

**তোপ (তপ:)**– তোপ্ তৌব হায়বসি কম্দৌবনো হংঙুবদ চপ চান খুম্বীনব তাঙ্বনি। খ্বাযন খঙ্নবিব উনবিবদি মিৎ উইসিনদুন ফম্ব নৎত্রগ লেপখৎপ অদুখক্তনি। মতুং অদুদ কবি তৌবি হাযব ব্বা যাম্ন লৈবিবনি। 'তপ' হাযবগি আবথদি মৈসা লাংব, সাগৎহন্ব অমসুং চাক্থোক্হনবসু খঙ্নৈ। অদুগ 'তপ:' হাযবগ মৈ অমসুং মৈসা খঙ্নৈ। হায়নবী অম ওইন চৎনবিবন তোপ তৌব হাযবদি মাগি কবিগুম্ব অনিঙ্ব অপাম্ব অম ফংনব মদুত্ত্ব নিঙদুন অবা অনা কযা খাঙ্দুন বোব পীগনবনি হাযন থাজব দেবী দেবতা অমবু চাব থকপ, তৃম্ব হিপ্প অদুফাউব কাওথোকপমখে মসাবু অবাব তাপ পীদুনা চপ যুংন লৈথোকপবু ওইন অযাম্বন খঙ্নৈ। অসম্ব বাতাদ অনিঙ্ব অপামব অসি ফংনব তোপ তৌবনি হাযব তাই। নৈনব যাব মতাংনি। ধ্রবন তোপ তৌব্রি, বাজগদি সিংহাসন ফংনবনি। অপাম্বনি। প্রহলদান তোপ তৌব্রি, "হবি" ফংনবনি, অপাম্বনি। বাবীন সাখিনি। মহাদেবসু তোপ তৌব্রি, মগি কবি ব্রাৎপ অপাম্ব লৈদুন তৌবিব তোপনো হংব যাব ব্রাহংনি। মসা মথনর্তগি ওইব অপাম্ব ফংনব তৌব তোপ মতৌগ "হবি" ফংনব তৌব প্রহলার্দগি তোপ মতৌগ খেন্নব লৈ। মতাং অসিদ 'হবি' তৎত্ব নৈনহৌব মতাং চায।

**হবিগি তৎত্ব** – ঙম্খৈ নাইদব অতিযাগি মচু সংবান্নৈ, ঙম্খৈ খঙ্দব সমুদ্রগি মচুসু সংবান্নৈ, পাক্চাওবব প্রিথীবীগি লৈমাযসু সংবান্নৈ অদুগ খ্বাযদগি মৈসা কন্ব মৈগি মচুসু সংবান্নবনি। "হবি" হাযবিব ব্রাহৈ অসিমক্কি আবথসু সংবান্নব হাযবনি। থাযনগি মুনি-বিসিসিংন ঙম্খৈ-নাইদব তেংবান্ব অসিবু খোন্জিন্ব যাব নিঙ্নফম্ অম সাগৎনব হোৎনবদ থোক্খিব 'হবি' সন্দনি। মবম্ অসিন হবি সংবান্নব হাযব ব্রাতা অসিন জগৎপু হাযবদি ব্রমহবু অদুম্ খঙ্নবে। ব্রমহ হাযবসিদি মিৎন উব ঙম্ব মসক্ নৎতে; সাধকসিংন হাযবদি ব্রমহ উপাসনা তৌব

কাঙবুন অকক্‌নব নিযোম্‌ খবগি মখাদ চেক্‌সিন্‌ন সাধোন্‌ তৌব মতম্‌দত মসা মসা অদুদ হক্‌থেংনন ফাউদুন সৎ-চিৎ-আনন্দ হাযবদি মীবমলেন্‌দ ফংঙম্‌দব অসেংব অচুম্‌ব মখল্‌গি নুঙাইব অদু ফংনবগি সাধোন্‌ তৌফম্‌নি। অদুবু খ্বাযগি ওইব লোনদাদগি নিঙনফম্‌নি হাযব তাই। তসেংবমক্তি নৎতে 'অন্তবঙ্গ" অদুদ যেংবনি, "প্রতিকম্প" (মনিক্‌) অদুদ যেংদুন লৈবগি ব্রানি। কুপথবদি 'অন্তবঙ্গ ধ্যান' সি কাঙ্‌লোন্‌ খঙ্‌ব অমগ সাধুসংগ তৌবগ ফাউঙম্‌ব ওইবসনু। খ্বাযগি ওইব হৈনবীদদি মিৎন সংসংন উদ্রিমখৈ নিঙ্‌ব নৎত্রুগ প্রেম ভক্তি হুকচিন্‌ব হৈন্দে। মবম্‌ অসিন নিঙনফম্‌গ মসক্‌ ওইব সকতম্‌-লাতম্‌ মুবতি সাগৎপ তাই। অহান্‌বদ জগৎ গিযান্‌ (জ্ঞান) ফোংদোক্‌প যানব ব্রমহা (লৈসেম্‌ব) কৌব লাই অমগ বিস্নু (লৈতাইব) কৌব লাই অমগ মহেসোব (লৈথিংগাই) কৌব লাই অমগ লাই অহুম্‌ অসি মীওইবন সাগৎলে। 'অ' হাযব অসিন বিস্নুবু খঙ্‌নবসনু 'উ' হাযব অসিন মহেসোববু খঙনব ওইবসনু 'ম' হাযব অসিন ব্রমহাবু নিঙ্‌সিংনব ওইবসনু। হাযবিব অ+উ+ম হাযব আত্মা অহুম্‌ অসি সুপ্‌চিন্দুন থোক্‌প খোন্‌থোক ওম্‌ (ওঁ) হাযব অসিন প্রনব হাযবাদ অমোৎপ সেংদোক্‌প খোন্‌থোক্‌ ওইবসনু হাযব প্রনবমনত্র অসিম সেম্‌গৎলে। হৌজিক্‌ ওম্‌ অসি ব্রমহগি মসক্‌নি হাযন লৌদুন, সব্দদ ব্রমহউপাসনা তৌব পাম্‌ব কাঙবুন "ওম্‌...... ওম্‌ ...।। অসুম্‌ন অতৎ-অখম্‌ লৈতন সোন্‌দুন মমিৎ উইশিল্লগ তোপ তৌব কাঙ্‌বুসু লৈ। মসিমসু নুপী অঙাংনচিংব খ্বাযগি ওইব হৈনবীদ ঈহুক্‌ হুক্‌তে। মিৎন সংসংন উদ্রিমখৈ থাজব স্রধা হাযব ভক্তি অদু হুকচিন্‌ব ঈঙম্‌ ঙম্‌নদে। ক্রিস্নভক্ত সুবদাসন হাযবম্‌ব অম লৈ, মদুদি নিবাকাব উপাসনাগ সাকাব উপাসনাগ মহাও চপ মান্‌নৈ; তৌবতবু সাকাব উপাসনা তৌবদি অহাওব উহৈগি মহাও অদু খ্বায মযাম্‌ খঙ্‌মিন্‌নবগুম্‌বনি অদুগ নিবাকাব উপাসনা তৌবদি মবোল্‌ থোক্‌তব

মীন অহাওব উহৈ অদু চাবগুম্‌বনি হায। সুব্‌দাসন্‌ হাযবিবসি নিবাকাব উপাসনা ফংতে হাযবদি নংত্তে, মাগি মাগি পাম্‌জব সিবিমুবতি অদুদ মাগি নিঙ্‌নফম্‌ ওইবন হেন্‌ন পাম্‌জে হাযব সুবদাস মসাগি মোংনি। নুপী অঙাংসিংন পাম্‌জবগ সুবদাসকি মোং অসিগ চানৈ। মতাং অস্বাইদ গীতাগি ৭ সুব ঐধাযগি, ৩ সুব সিলোক্‌ নিঙ্‌সিংব যাই। মতাংদি বিগিযান (বিজ্ঞান) যোগগি মতাংনি। 'মনুষ্যাণাং সহস্রেসু কশ্চিদ্‌ যততি সিদ্ধযে। যততামপি সিদ্ধানাং কশ্চিন্মাং বেত্তি তত্ত্বতঃ।। ৭/৩।।" মী লীসীঙ্‌ কযাগি মনুংদ হোংনব কন্‌ব খবদংন সিদ্ধি ফংঙি হাযবদি অসেংব তৎত্ব অদু খঙবনি। অদুগুম্‌ব অখঙ্‌বসিং অদুগি মনুংদসু খবখক্‌তংন 'ঐবু' হাযবদি ব্রমহবু ফংব/ওইব ঙম্‌বনি হাযবি। মবম্‌ অসিন খব লাযব, নুপী অঙাংনফাউব মখোয মখোযগি হৈনবীদ হুর্কচিন্‌ব যানব নিঙনফম্‌ মুবতি লিংখৎপ তাবক্‌খি। মবম্‌ অসিন সৈত যুক্‌ত প্রহলাদন হবিবু নিঙ্‌জৈ, ব্রমহনি। মিৎন উব যাব সকতম্‌দ নর্বসিংহগি বুপ লিংখৎখি। কুচুদি হবি বব্‌ননি হাযবদি সংবান্‌নবনি। ত্রেতা যুক্‌ত বামলক্‌সমোন্‌গি সাকাব বুপ নিব্‌পোন্‌ তৌৰি। বাম্‌দি মযোল্‌নি উপাসক্‌তি লক্‌সমোন্‌নি। লক্‌সমোন্‌ (লক্ষ্মন) গি আবথদি অফব খুদম মসাদ পক্‌প হাযবনি, কুচুদি হবি ববননি হাযবদি সংবান্‌নবনি। দ্বাপুব যুগত ক্রিস্ন (কৃষ্ণ) গি সাকাব বুপ নিবপোন্‌ তৌবে। কুচুদি সংবান্‌নব (শ্যাম বর্ন) নি। অদুন সৈতদগিন দ্বাপুবফাউবদ চৎথবকইব অবতাবগি পবিং অসিদ থাযনগি মুনি বিসিসিংন থমবীবন্‌মিব অসংব মচুগি ৰাখল্‌লোন্‌ হাযবদি হবিগি তৎত্ব অসি ব্রমহ তৎত্বগ অদুম্‌ খুবক্‌ চন্‌সিন্‌নবনি। ক্রিস্ন (কৃষ্ণ) ভক্‌ত অমন মমিৎ উর্বৈঙেদ ক্রিস্নগি সিবিবুপপু তোযন দবসন তৌজবম্‌বদু অহলগি মতম্‌ ওইবদুন উব ঙম্‌মক্‌ত্রব মতম্‌দ নাম্‌ সোন্‌দুন মিৎ উইসিন্‌ব মতম্‌দ উবিব মচু অদুগ নাম্‌ সোন্দব চুম্‌ন মিৎ উইসিন্‌ব মতম্‌দ উব মচু অদুগ সংগম্‌ ওইবনি হাযবদি মসাগি মসা অমৎত ওইসিন্‌বনি। মবম্‌ অসিন নাম্‌

মালা পাযদুন লিক্ চৎলিব অদুসু তোপ মখল্ অমনি, মতম্ ঙাইহাক্তং কাইথোক্অগ নামমালাগকা সুকযাউ যাউদন মিৎ উইসিন্দুন নাম্ সোললিব অদুসু তোপ্নি। তৌবিব পূম্নমক অসিগি খ্বাযগি মবুওইব পান্দম্দি থমোয সেংনবনি, অমোৎপ পুক্নিং সৃদোক্নবনি। মবম্ অসিন তোপ্ তৌব হাযব থৌ অসিমসু থাদোক্ফদে হাযর্বনি। থমোয সেংব, থমোয লূব হাযবসিদি সৈনাসি অম ওইর্বগি হৌনবী মচৎ ওইর্বনিনা কবম সৈনাস ওইবে হাযদুনসু মিকুপ খৃদিংগি মোৎসির্লিব অমোৎপা পুক্নিংবু সৃদোক্নব পাম্বৈ ওইবিব জৈগ-দান তপ: হাযব থৌ অতুম অসিদি থাদোকফদে হাযর্বনি। থমোয সেংঙব, পুক্নিং মোৎত্রব, হীবাগি মতৌগুম্ পূম্সেং সেংঙব অদ্গুম্ব মী মতাক্ অর্দুদি ব্রম্হ হাযবদু মসান অদুম্ ওইজববনি। মতম্ অদৃদ সংসার্বগি নুংঙাইর্বনি হাযন লৈবিব, অবেপ্প নৎতব অনিত সুখদগি পূমতোং তোঙান্ব, সৎ অসেংব, চিত্ থমোযগি, আনন্দ-নুঙাইব (নুংঙাইব = মনুংশক্ত ঙাযব) হাযব ফিভম অদুবু হিংঙিভৈগি পুর্নসিদ সোযদন ফংব ঙম্গদর্বনি। অব্রাবদ তাবব মীন অব্রাব পাও সন্দোকতুন অবাবগি ঈপোম্ হৌহনর্বনি; নুঙাইব মীন নুংঙাইব পাও সনদোক্তুন নুংঙাইর্বগি ঈপোম হৌহনর্বনি। জগৎন পাম্নবির্বসি নুংঙাইব অর্দনি।

মতাং অস্নাইদ সিবগ কদাইদ হাযব বাফম অম তেন্তক্ন নৈন-হৌব যাই। ঐখোযন মিৎ উইসিল্লগ যেংব মতম্দ অমম্ব নৎতন কবিসু উদে। অদুবু মফম্ মতম্ অমসুং ফিভম্গি মতুংইন্ন তোঙান্ তোঙান্ব মচু কযা অমসু নোংথাং কুপ্পগুম্ ফাউজিললক্প থেংনবনি। পূম্নমক্ অদু অবাংব পুক্নিংতন থোক্হনবনি। পোক্পদগি মিৎ যাউবক্তবসিংগি মফম্দ মচু উদে হাযর্বনি। মবম্ অসিন মাগি মাগি নিঙনফম্ ওইবিব সিবিমুর্বতিবু দোবসোন্ তৌব মতমদ মাযোক্নফদে, চেপযান্ন দোবসোন্ তৌগদবনি হাযব অদুগুম্ন মিৎ উইসিন্দুন নাম সোৎনব মতম্দ পুক্নিংন

মদুদ চঙঙুদ্রবসু চেপযানন উবিব মচুদো অমম্বনি অমুবনি; জগন্নাথগি মুবতি নিবপোন্ তৌবদ তৈবিব মচু অদুগুম্বনি। মিৎ উইসিল্লগ নাম্ সোর্ল্লিব অদুন অবাংব পুক্নিং চঙ্‌ঙক্তনব সম্বল্ খাবনি। হাযবিব অমম্ব অদুমক্তি কবিগুম্ব অমৎত লৈতব, পূমহাঙ্ হাঙ্‌ব ফিভম্ অদুমক্তি নৎত্তবনি। কর্মাপিত হাযবদি মনিক্তন ফুনদুন লৈব মফমনি। মদুবু কমদৌন খঙ্‌গদগে হাযববদি মিৎ উইসিল্লবসু মাগি মাগি মসা মসাদ ফাউনিব প্রকম্পিত (প্রকম্প = মনিক্) অদুন প্রমান্ ওইব তাই। হাযবিব ফিভম্ অসিবু সাজেন্ সাধোন্গি মতেংন মসা মসাদ হকথেংনন ফাউব ঙম্মবদি সিবগ কদাইদ হাযব মফম্ অদু মদুনি হাযবসি খঙ্‌খ্রবসিংন হাযনম্বত নৎতন সাধোন্ তৌব অযামবন যানবিব ৱাফম্নি। মতাং অম্বাইদ সাপোর্কসিংন হংনব ৱাফম্ অম লৈ। মদুদি হাযবিব মফম্ অসিদি অফব মীগিস্ ফৎতব মীগিসু হযেং সিবব মতম্দ সোযদন যৌবুগদব মফম্নি অদুন ধবম্ তৌবাগ কবি কাননব লৈফম্ থোক্পগে, সিবু সিববদি পূম্নমক অমৎত ওইরে। বাহং অসিগি পাওখুম্ হার্যজিন্বীন যাবক্ত্রব মতম্নি। ধবম তৌবন হযেং সিবগ সবগদ নুংঙাইন লৈবগনিগকা হাযব, যৌবুবগ হল্লকতুন পাওদম্মব কনাসু লৈতব ফিভম্ অসিদ থাজগন্ব কাঙবুন পঙ্‌থা থাজববসু থাজব ঙম্দব মীগি মসীঙ্না যাম্ব অসুম্ অসুম্ হেনগৎলকঅবনি। তসেংবদি মী ওইব খুন্নাইবু পঙহায হাযজিন্দুন লান্ন লর্মাজিংব অসিদগি হেন্বে পাপ্ অতে অম লৈবম্গদবা মান্দে।

অদুদি কৈদৌবগি ধবম্দ চঙ্‌সিললিব কৈদৌবগি সৈনাস ওইবিব ? মিকুপ খুদিঙঙি মোৎসিল্লিব অমোৎপ থমোয সূদোক্নবনি। থমোয সেংব মীদি মতম্ অসিদদি অপঙ্‌বসীঙ্দ চললি, অদুন থমোয সেংঙগ কবিবু কানগবনো ? কান্নব হাযববু নুংঙাইব ফংঙি, মদু কান্নবনি। নুংঙাইব হাযব অসিদি ওইদব কযা হাযজিল্লগসু নুঙাইব যাই; হযেং সিবগ চপ মান্নগদবা লৈববনিন হিংঙিঙৈ মনুং অসিদ তৌনিংব তৌদুন

নুংঙাইথোক্পন হেন্‌ন ফৎতববা ? অদুগুম্ব নুংঙাইবসিং অদুদি মতম্ সাংন চৎনব যাদবা, মিকুপ মিকুপকি ওইব অহোংব নাইব অবেপ্প নৎতব মখলগি নুঙাইবনি। মদুগুম্ব নুংঙাইবসিং অদুদি হেক্ লোইখিবগ অবাব ফিভম্দ পোপ্ হেক্ত তাবনি। অব্রাব ফিভম্দ তাবব মীন অবাবা পাও সন্দোক্পনি, মীবু চৈবনি, মসাগি মবাল্ লোৎসিন্‌র্বনি। ঙাইহাক্কি ওইন নুংঙাইব পামনব মীযাম্ন অবাব ফিভমদ তানবক্প মতম্ মতম্ অদুদ অব্রাবগি পাওজেল সন্দোক্নবক্তুন প্রিথীবী'পুম্ব অবার্বাগ ঈপোমতন ঈহৌদুন লৈবসি মীযাম্গি অপামব নৎতবনি। মসা মসার্তগি ওইব, ঙাইহাক ঙহাইহাক্কি ওইব নুংঙাইব, মদন মবম ওইদুন যুম্লোন্ কৈবোন্‌নবিবসিংগিদি নুংঙাইতনব ওইব অদুগুমব মখলগি নুংঙাইব সাব অদুদি অসেংব নুংঙাইব কৌদে। মদুদি পুন্‌সি তেনবাগ মবম্‌নি। অসেংব নুংঙাইব হাযব অসিদি মনাং অসিদ কাবগুম্ব অমৎত চঙ্দব হাযবদি নুং মথন্ত ঙাযব (নুংত ঙাযব) ফিভম্ অদুবু হাযবনি। সৎ+চিত+আনন্দ হাযনবিব নুংঙাইব অদুসু হাযবিব অসিমক্নি। মসিগি নুংঙাইব অসিদি পুন্‌সি নুংসাংনবনি। নুংঙাইব মীন নুংঙাইব পাও সন্দোক্প মসান তাবনি। কবিগুমব প্রিথীবী অসিদ লৈতা-খুনদাদুন লৈমিন্‌নবিব ঐখোয অযাম্ব অসেংব নুংঙাইব হাযব ফিভম অসিদ লৈমিন্‌নব ছুম্ব থোক্অবদি কযাদ যাইফব প্রিথীবী ওইবম্গবনো। মবম অসিগিদমক্ "নুংসেংব্রা" হাযবদি মনুং সেংনব বা থিনব তাবনি, অমোৎপ থমোয সুদোক্নব লম্বী চৎনব তাবনি হাযবদি ধবম হাযবসি লিংব তাবনি। ধবমনি হাযদুন পঙ্হায হাযজিন্বী থাদোক্নব তাবনি। লম্বী অসিদি জগৎকি মংগোলগিদমক্তনি। হবিতৎত্ত্ব নৈনবিব অসিমক্ নুংসেংব্রানি।

**ব্রমহতৎত্ত্ব (ব্রহ্মতত্ত্ব)** — ব্রমহ অমসুং ব্রমত তৎত্ত্বগি বাফম অসি ভকতি মাবগদ চৎপ বৈস্নোপ্‌সিংনদি (বৈষ্ণব) কযা হক্চিন্‌ন লৌনদব মাল্লি। তৌবদি বৈস্নোপসিংগি নিঙনফম ওইবিব জগন্নাথকি সিবিমুবতি,

ক্রিস্ন (কৃষ্ণ) গী সিবিমুবতি অসিসিং অসিদি ব্রমহতৎন্নগি মুদ্রা (ফিবেপ) ঙাক্তনি। "অক্ষব ব্রহ্ম পবমং" (গীতা ৮/৩) মাব সেমব কনাগুম্ব অমৎত লৈতব, মাবু হান্‌বীনবসু কনাগুম্ব কবিগুমব অমৎত লৈতব, মাবু কবিগুম্ব নৎত্রগ কনাগুম্ব অমৎতনা মাঙ্‌হন্‌ তাক্‌হন্‌বসু ঙম্‌দব, মাগি মযেং তাবসু কবিগুম্বদ লৈতব, চেন্‌গৎপসু লৈতব, মাগি পোক্‌প লৈতব, মাগি সিবসু লৈতব, অফোংব অমসুং ফোংদব জগৎকি মফম পূম্নমক্‌পু ফুনদুন মেন্‌সিনদনা লৈবিব **মেল্‌লৈ** অদবু ব্রম্হ কৌবি। মফম'পূম্বদ সানাথুংনা লৈ হাযবাগি সববাবযাপোক্ (সর্ব্বব্যাপক) হাযবনি, তৌবব পূম্‌নামক্ মা যাউদনা যাদে অদুনা মাদি ঈশ্বরদ খঙবনি হাযদুনা মাবু (ব্রহ্মবু) সববাগয (সর্ব্বজ্ঞ) হাযবনি, পুম্‌নামক্কি মন্‌ংমপান ফাউনা লৈবনি হাযবাগিদমক মাবু (ব্রহ্মবু) সববঅন্তবজামি (সর্ব্বঅন্তর্যামি) হাযবনি। সাইনসনসু ব্রমহ হাযবিব পোৎসক অসি তসেংনা লৈবনি হাযব খঙবঃ নৎতনা কুপথনা খিজিনা হুমাজনবদ ব্রমহগি মতিক্ মগুন কযামবুম্ খঙ্‌ঙকত্নুনা অঙকপ পোৎসক কযা অম মথং মথং পুথোকনখ্রবনি। খুদম্ ওইনা খবদং পনব তাববদ বেদিও, তি-ভি অমসুং বিমোৎ কন্‌ট্রোল্ পনব যাই। হাযবিবাসিংসে তাবান সম্নদবনি। ঐখোযনা ঈহাঙ হাঙ্‌বনি, কাবসু লৈতবনি সুনদ্রংনি হাযনাবব মনুং অসিদ মসক, মওং, মখোল্, মচু মমেন পূম্নমক্ পূদুনা লাক্‌অগ লৈরু লৈবব মফমদ মিৎত উহললি, নাকোংদ তাহল্লি। কাবিনা সম্নদুনা থোকইব মখোল্‌নো মসক্‌নো ' মফম্ পূম্নমক্‌পু ফুন্দুন লৈবিব **মেল্‌লৈ** হাযবদি ব্রমহ অদুতন মবম্ ওইদুনা থোকহন্‌ব থৌদোক্ ঙাক্তনি। মদুসিং অদুবু কুপথনা খঙ্‌ননব সাইন্‌সকিদি মবোল যাম্না লৈবি। মতৌ অসুম্না ওইবিব ব্রমহ অসিদি মিৎন উঙম্ব মসকতি নৎতবনিনা মিৎনা সংসংনা উজানিংব কাঙবুগি উপাই ওইনব সাকাব বুপ নিবপোন্ তৌব মতম্দ মাদি মফম'পূম্বদ ফুনদুনা লৈব মবম্না চৎপগি দবকাব ওইদে হাযব খঙ্‌হন্‌ব ওইনা মখোঙ্ পান্দবনি,

পূম্নমক্কি মনুং অমসুং মপান অনীমকত লৈবনিনা মাগি সূ-নোম্বগি মথৌ লৈতে হাযদুন খুৎ পান্দবনি। অদুবু মীওইব ঐখোযগি হৈনবীদ হুকতে ফজদে হাযদুন খুৎ মান্নব অম পানসিন্বনি। মনুং মপান্ পূম্নমক্পু উব ঙম্ব ব্রমহনি হাযদুন কোযবাওনব মিৎ অনী যেক্সিনদুনা মীওইবগি হৈনবীদ হূক্চিন্বনি। অদুগুম্ন নাতোন্সু মীওইবগি হৈনবীদ হুক্চিন্বনি। জগনাথগি সিবিমুবতি অসিগি থোইদোক হেন্দোক্না চঙ্খোন্ব মতাং অমদি চিন্বান্গি সবুক্ আর্সনি। অসুম্ অসুম্ যেংসিন্ব মতম্দ অহল্ ওইবব হনুব অমন মসূগুম্ব অঙাংসিংগি মতৌ মওং উবুবদ নুংসিন মোমোন্ তৌব, চিন্বান্দি কাঙ্দব অদুগুম্ব মওং মান্বনি। মথক্তসু পনথ্রব অদুনি মদুদি মঙোন্দাগি হান্ব অহান্ব অহল্ অম অমুক লৈত্রবনি। থোইদোক্প অমন কুচু ববর্নাগি বাফম্ অসিমনি। নুমিৎকি মঙাল্দ জগৎ'পূম্বসি সংবান্নব মচু ওইন উর্বাগি বানি। নুমিৎ অসি লৈত্রিঙৈগি মতম্ অদুদাগি পূম্নমক্ অমম্বনি, অমুর্বানি। ব্রমহ হাযব অসিদি নুমিৎ অসি পোক্ত্রিঙৈগি মমাঙ্দাগি লৈবক্অবনি। মবম অসিনা জগনাথগি সিবিমুবর্তিগি কুচু অসংবনা ওইর্বাগি মহুৎত অমুব অমম্বনা ওইর্বনি। মতৌ অসুম্ন ব্রমহগি সাকাব মুবতিবু মুদ্রাগি মওংদ নিবপোন্ তৌথিব সিবিজগনাথগি থোইদোক্ন চঙ্খোন্ব মুদ্রাগি মওংদ ফোংদোক্প সিবিমুবতিনি। দবসন্ তৌব মতম্দ পূম্নমক্ অসি নিঙসিংগদবা ওই। হযেং অন্তকালগি মতম্দ সোযদন চঙনফম ওইবুগদৌবিব মফমসু হার্যবিব অসির্দনি। চঙ্জবগি মচঙ্দি বাহৈন কবিগুম্ব অমৎত হাযদন ব্রমহ অদুতবু খৌবাংব পুক্নিংন/থমোযন ঈবী তৎতন যেংদুন লৈথোক্প তাবনি।। সৈনাস/বৈবাইগ ধব্মগি অসুপ্প কাঙলম্দি মসিনি।

অদুবু ভক্তি মাবগদ চৎপ পামজব গৌবিয সমপ্রদাযগি বৈস্নোপ (বৈষ্ণব) সিংনদি মথক্কি সাধোন্ অসি কযা পেন্দে। পেন্দবগি মবম্দি হাযবিব মথক্কি সাধোন্ অসিদ প্রেম্ ভক্তিগি ওইব মচল্ ঈথেং থেংনদে,

মীওইবগি মপোক্ত পোক্অব ঐখোয়গাদি প্রেম্-নুংসিনব অমসুং ভক্তি নোন্থনব হাযব লীচৎ-লমচৎ অসিন অথোইবনি হাযন লৌনর্বিবনি। অসিগুম্ব কক্প যাদ্রব বাযেৎ কযামবুন্ লৈবে। থাযনগি মুনি বিসিসিংন মদুসু উবম্দব নৎতে। মবম্ অসিন মিৎন উঙম্দব ব্রম্হবু মিৎন সংসংন উদ্রিমখৈ পেন্দব মীওইর্বাগি কান্ননবগি যেংদুন ঐখোয় মীওইবগ মান্নব সাকাব মুর্বতি কযা নিবপোন্ তৌবমবনি। সাকাব মুর্বতি পূম্নমক্ তবাই তবাইন হেক্ত তৌব নৎতে নুংলোন্ তৎত্ন লোযনব ঙাক্তনি।

ব্রমহদি ওইনিংব মওংদ ওন্নিংব মওংদ ওনথোক-ওন্সিন্ তৌদুন লৈব যাই। মনিল ওইন নৎত্রগ মরী ওইন নৎত্রগ মপং ওইন লৈব যাই। মঙাল্ ওইনস্ লৈব যাই। ভূতবসত্ (পোৎচাক্) ওইন লৈব যাই। প্রেত (মমি ব্লেক্হোল্) ওইন লৈব যাই। মসক্, মচু, মখোল্, মঙাল্, মনিক্ পূম্নমক্ ব্রম্হ হাযব অসিতন ওইবনি। অদু ফন ওইদুনসু ব্রমহদি কবিগুম্বদ মযেংতাবসু লৈতে হেন্গৎপস্ তৌদে, অবেপ্পনি লেঙ্দবনি। অদুবু মনুং অসিদ ওইবিব ব্রমহগি সাইওন লাংওন মযাম্ অসিদি মীওইর্বাগি অচম্ব মিৎ অসিনদি উব ঙম্দর্বানিনা নুংলোন্ (অধ্যাত্মা) ন মযোল্ ওইবগ প্রেম্ভক্তিগি মতাও হাপ্তূন বাবীসিঙবূন কযামবুম্ সাগৎ সাগৎতুন উপমাগি মওংদ মিৎন সংসংন উদ্রিমখৈ থাজব ঙম্দব খ্বায মীযার্মগি কান্ননবগিদমক্ পূথোক্প তাবক্ই। খুদম্ ওইন খবদং পনব তাববদ— গোপাল্ সহস্রনাম্, হবিভক্ত ধ্রুব অমসুং প্রহলার্দাগ বাবী, ভক্তমালা অমসুং সিবিমদভাগবতম্ অসিনচিংব পন্ব যাই। হাযবিব পূম্নমক্ অসিদি ব্রমহগি মনুংদ মওং অমদ নৎত্রগ অমদ মতম্ পূম্নমক্ত ওইদুন লৈবিব মিৎন উঙম্দব থৌওং কযাগি মিৎন উঙম্ব মওংদ তৌব কবিসিংগি ওনথোক্ন হৈথোই সিংথোইব কল্পনা ঙাক্তনি। অসিগুম্ব ফিভম্দ সত্ত্ব-বজ-তম হাযন খঙ্নব গুন্ অহুমগি মসক্ ওইব মুদ্রা ওইন ত্রিভংগ মথেক্ অহুম্ থেক্প, সংবান্নব কুচুন (শ্যামবর্নন) হবি হাযবদি

ব্রমহনি উৎপ ইংগিৎন অমসুং পীতমবব ধব, সনাফীগে থোন্ব, ব্রাহোংগি মতুন চুবা ওইদুন কোক্থক্ত থোন্ব, খুৎত বাসি পাযব খিবিক্ অসিন পান্গি লৈতেং ওইব সিবিক্রিস্নগি সিবিমুবতিবু মুদ্রগি মওংদ লিংখৎলে। ব্রাবী সীঙ্বুন কয়া অমনসু যোক্খৎলে। হৌজিক্তি পান্গি অচম্ব মিৎন যেংবদ নুংসিব প্রেম পোক্এ, নুংগি মিৎন যেংবদ হবিগি থৌজাল্হৈব তৎত্নগি মসেক্-মঙাল্ ব্রাযবক্এ, লোযনন ভক্তগি ঈফুৎ ফাউবকএ। পূম্নমক্ অসি লিলা ঙাক্তনি, ভক্তসিংগি কান্নবনি, প্রেম্ভক্তি, ফুদোক্নবনি। লিলাগিদমক্ত নিবপোন্ তৌব মুদ্রাসিংদ ঐখোয মীওইবগুম্ন খোঙ্-খুৎ, মিৎ নাকোং নাতোন পূম্নমক্ পান্ব তাবনি। ঐখোয মীওইবন সক্নাইদব ব্রমহবু মিৎমাঙ্দ পুথোক্নব মুদ্রাদি ঐখোয মীওইবগুমন হকচাংগি কাযাৎসিং চঙ্খোন্ন পানব তাবনি। মদুমক্ন ব্রমহবু মীনি হাযবমক্তি নৎতে। সিবিক্রিস্নগি পুক্নিং হুন ফজব মুবতি দবসন্ তৌবদি গৌবিয বৈস্নোপসিংগি পেনজব হাযবদ ওইবে, কান্নবে।

ব্রম্হা (ব্রহ্মা), বিস্নু (বিষ্ণু) অমসুং মহেসোব (মহেশ্বর) হাযব অবিব লাই অহুমগি মনুংদ সাইওন্ লাংওন্ সান্নব হাযবদি অবতাব তৌব লাইদি বিস্নু মথনতনি হাযবনি। অতৈ লাই অনী অদুদি অবতাব তৌদে মতম্ পূম্নমক্ত মাগি মাগি সিনথা মথৌ তৌদুন লৈবনি হাযব লৌবি। অদুন সৈত যুগত বিস্নুন নবসিংহ অবতাব তৌবি, সংবান্নব কুচুনি হবিনি। ত্রেতা যুগত বামলাক্সমন অবতাব তৌবি, লকসমনগি সংবান্নব কুচবু লৌখৎলি হবিনি। দ্বাপুব যুগত ক্রিস্না অবতাব তৌবি ববনদি সিযাম্ববননি (শ্যাম) হবিনি। হৌখ্রব অবতাব অহুমগি লাই অহুমমকপু সুপন খুবুম্জব ওই নোবোতোমদাসন তৌখিব সিবিনাম পুব (শ্রীনাম্ পূর্ন) হাযন খঙনব নাম্সংক্রিতোন্ "হবি হবযে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায নমঃ। যাদবায মাধবায কেশবায় নমঃ।। গোপাল্ গোবিন্দ নাম

শ্রীমধুসূদন। গিবিদাবী গোপীনাথ মদনমোহন ॥" অসি হাযন সৈহৌব ব্রিহৎ (বৃহৎ) আবতি মালাদ যাউবিব ঈসৈ অসিমক্ খুদম্গি মসক্ ওইন্ পন্ব যাই।

মবম্সিং অসি লৈবন সৈনাস ওইব খঙ্দে জৈগ-দান্-তপ খঙ্দ ব্রমহগিযানগ (ব্রহ্মজ্ঞানগ) মবী থাংনদব সুক্যা যাদবনি। অসিগুম্ব ব্রম্হগিযান্ অসিগুম্ব ব্রমহতৎত্ত্বু তাকপি-তম্বীবিব, মহাক্ মসামক্সু মচৎ অদুম্ন চৎলিব মহাক্ অদুবু ব্রামহোন্ (ব্রাহ্মন্) কৌবি হাযবনি। ব্রাম্হোন্বু "দ্বিজ" হাযনসু খঙ্নৈ। দ্বিজ হাযবদি অনীবক্ সৃবব মপোক্ হাযবনি। মীওইবন মমাগি গবভর্দগি পোক্প অদুবু অহান্ব মপোক্ কৌবি। মতুংদ মাগি হোৎনজমন্ন মবম্ ওইদুন ব্রমহগিযান্ (ব্রহ্মজ্ঞান) ফাউবব মতম্দ অনীসুব মপোক্ দ্বিজ কোবে হাযবনি। অদুন "জন্মনা জাযতে শূদ্রঃ সংস্কাবৈর্দ্বিজ উচৎতে।" হাযবদি সুদ্রগি জাৎত পোক্তুনসু মাগি হোৎনজমন্ন দ্বিজ ব্রামহোন্ ওই হাযবি। অদুগ ব্রাম্হোন্ মান্নব সাব অমদি ব্রামহোন্ অমগি সাগৈর্দাদ পোক্অগ ব্রম্হকবমদি (ব্রহ্মকর্ম্মদি) তৌদব অদুগুম্ব অদুবু "ব্রুব" নৎত্রগ ব্রুবব্রামহোন্ কৌরি হাযবনি। (বামন সিববাম আপ্তে)। মবম্ অসিন সৈনাস ধবম লৌবব হাযবসে অনৌব মপোক্ অম তসেংন ওইববনি হাযবদি 'দ্বিজ' হাযবদু তসেংন ওইববনি। অসিগুম্ব সেংলব অনীসুব মপোক্ অম ফংহনবীগদৌবিব গুরু অদুদি ব্রবব্রাম্হোন্ন ওইব তৌহৈদবনি। মবম্দি ব্রমহতৎত্ত্ব খঙদবন ব্রমহতৎত্ত্ব তাক্প মতিক্ ওইদে। কবি হাযবিবনো হাযব মবোল্ খঙ্দব সংসক্রিৎকি সিলোক্ খব থীজিল্লগ, ঝুলি তুপি কৌপিন সেৎচিললগ সৈনাস বৈবাইগ হেক্ত ওইব যাব নৎতে। সৈনাস/বৈবাইগ হাযব অসিদি নুংগি ওইব ৱানি, পুক্নিংগি ফিবেপ্নি মনত্রনগকা চঙ্ব যাব মফম্ নৎতে, অখঙ্বতন লাযন চঙ্ব ঙম্ব মফম্নি। কুপ্থবদি সাধুসংগন মপুঙ্ ফাব ওইবসনু। গৌবিয সম্প্রদাযগি

সৈনাস/বৈবাইগ ধব্ম নৈনব মতমদ পানচ তৎত্বগি (পঞ্চতত্ত্বগি) ৱাফম্ যাউদ্রবদি মপুঙ্ ফাদবনি। লিলা হাযব অসিন বোস্ চুপ্নবনি; তৎত্ব হাযব অসিন মন্ং হুৎন চঙ্সিন্নবনি।

**পনচতৎত্ব (পঞ্চতত্ত্ব)**



নবদ্বীপেব শ্রীশ্রীবাস অঙ্গনেব পঞ্চতত্ত্ব

"অদ্বৈতং হরিনাদ্বৈতাদাচার্য্যং ভক্তি শংসন্যাৎ।
ভক্তাবতারমীশং তমদ্বৈতাচার্য্যমাশ্রয়ে ॥
পঞ্চতত্ত্বাত্মকং কৃষ্ণং ভক্তরূপ স্বরূপকম্।
ভক্তবতারং ভক্তাখ্যং নমামি ভক্তশক্তিকম্ ॥

আবথদি অদ্বৈতং-জগৎত অনীসুদব, মথনত ঙাযব, অবেপ্প অচুম্ব (সৎ) হাযবদি ব্রমহ অদুগ, হবিনা- অসংব, সংবান্নব হাযবদি

ব্রমহগ হাযবদি সিবিক্রিস্নগ, অদ্বৈতা-খেন্নব হাযবদি অনীথোক্প নৎতব অদুগুম্ব মহাক্ন, ভক্তি শংসন্যাৎ– ভক্তিগি ওইব পাওতাক্ পীবি হায়বগিদমক্ মাবু, আচার্য্যং – আচাবজ (ওজা/গুবু) হাযন খঙ্নব, ভক্তাবতাবম ঈশং-ভক্ত অম ওইন অবতাব তৌব ঈসোবগি মসক্ ওইব, তমদ্বৈতাচার্য্য-আবদৈত আচাবজ কৌব নংগি নফম্দ, মাশ্রযে- ঐন চঙ্জবি ॥ পঞ্চতত্ত্বাত্মকং- থব্রায মঙাগি তৎত্ব ওইবিব, কৃষ্ণং- অদুগুম্ব সিবিক্রিস্ন চৈতৈনবু, ভক্তরূপ স্বরূপকম্- ভক্তমক্কি মসক্ ওইব সিবি নিতাইনন্দবু, ভক্তবতাবং– ভক্ত অম ওইন অবতাব তৌবীবিব সিবিআবদৈতবু, ভক্তাখ্যং– স্রিবাসনচিংব ভক্তসিংবু, ভক্তশক্তিকম – ভক্তসক্তি ওইব সিবিগদাধোবনচিংব মঙাবু, নমামি-ঐন খুবুম্জবি ॥

নুংলোন্ নৈনব – সিবিআবদৈত, সিবিনিতাইনন্দ, সিবি গৌবাংগ, সিবিগদাধোব, অমসুং সিবিস্রিবাস মঙাসি পান্চতত্বনি হাযবি। আবদৈতবু ভক্ত অবতাবনি, নিতাইনন্দবু ভক্তসোবুপনি (ভক্তগি মসক্নি). গৌবাংগবু সিবিক্রিস্নাগ গিযান্ ফাউহন্বীব (কৃষ্ণ চেতযতি) ভক্তগি মসর্ক্নি হাযদুন ভক্তবুপ সিবিচৈতৈন, গদাধোব পন্দিৎপু সক্তিনি অমসুং সিবিস্রিবাস পন্দিৎপুন ভক্তাখ্যং ভক্তসিংগি লুপত চন্বনি অসুম্ন হাযবি।

পনচতৎত্বগি মুদ্রা হাযবদি নুংগি ৱাখললোন্ ইংগিৎ তৌব ফিবেপ, খুৎকি খুৎথম্-লাক্থম্ অমসুং মিৎযেং নাযেংসিং অসিন উৎলিব অসি মথাগি অসুম্ন হাযবিবনি হাযন লৌব যাই। ১/ সিবিআবদৈবগি যেৎকি খুবাক্ন খ্বাং মপা ওইবক্ন যুংখৎতুন "ঙাইখো যেংঙুসে" হাযব মতাগুম্ ইংগিৎ তৌদুন ওযগি খুৎচা মঙান সিবিনিতাইনদবোম্দ থিন্দুন "পূম্নমক্ অসিদ লৈববনি" হায়ব মতাগুম্ লেপ্প মুদ্রাগি হেক মথংদ সিবিনিতাইনন্দন খ্বাং মপা ওইবপন খুৎ যেৎ-ওয অনীমক্কি খুৎচসিং তিংথোক্তুন "লাও চঙ্ঙক্উ, নখোয পূম্নমক্ চঙ্ঙক্উ লাও" হাযব

মতাগুম্ লেপ্প মুদ্রানি। হেক্ মথংদ সিবিচৈতৈনসু (গৌবাংগসু) সিবিনিতাইনন্দগ মান্নব মুদ্রাদ লেপ্পি। মখোয অহুম্গি মিৎযেংদি অথাপ্প যৌন যেংব মিৎযেংগি মুদ্রানি। সিবিগৌবাংগগি হেক্ মথংদ (ওযদ) সিবিগদাধোব পন্দিৎন যেৎথংব খুৎন লৈ অম পাযবগ সিবিগৌবাংগ মহাপ্রভুদ "নিঙ্নফম্দি মহাক্ অসিনি" হাযব মতাগুম্ যাম্ন নুংসিন চিংন যেংদুন লেপ্প মুদ্রানি; ওইথংব খুৎনসু লৈ পবেং অমা পাযদুন মখা তাব সেবা তৌজগে হাযব মওং মান্ব মুদ্রানি। হেক্ মথংদ ওয ইথং থংবদ সিবিস্রিবাস পন্দিৎন খুৎ অনী লোন্নদুন নোনজব ভকতি তৌজব মওংগি মুদ্রানি। মুদ্রা মঙা অসিনসু পন্চতৎত্ত্ব (পঞ্চতত্ত্ব) গি নুংলোন্ মযেক্ সেংন উৎলবনি। মবম্ অসিন গৌব সম্প্রদাযগি বৈষ্নোপসিংন (বৈষ্ণবসিংন) মুদ্রা মঙা অসিগি খূদিঙ্দ লৈ চন্দোন্নচিংব নিতিগি ওইন সেবা তৌবসু চৎনবম্বনি। হাযবিব মুদ্রা মঙা অসি লিংখৎখিব মফম্দি স্রিবাসকি মাংগোনদনি। মতম্দি সিবিগৌবাংগ মহাপ্রভুন সৈনাস ওইদ্রিঙৈগি মমাঙ্দনি হাযন লৌব যাই।

পন্চতৎত্বগি মুদ্রান পীবিবা বাখলগি ইথিল্দি— জগৎত অসিদ সৎ (অচুম্ব) হাযব অমা, অসৎ (চুম্দব) হাযব অম অনী অসি লৈ। মসিব "দ্বৈত" হাযবদি অনীচৎপী কৌবি। অনী অসিগি মন্ংদ অসৎ হাযব অসিদি অবেপ্প নৎতব অহোংব নাইবনি। অদুগ সৎ হাযব অসিম্দ অবেপ্পনি, লেঙ্দবনি, অহোংব নাইদবনি। মবম্ অসিন অসিগুম্ব অহোংব নাইদব অবেপ্প সৎ অসিদি জাগৎত অনী সুদবনি হাযবসি "অদ্বৈত" হাযব বাহৈ অসিন উৎলি। অদ্বৈত হাযবদি সৎ অচুম্ব হাযব অসিগি মবুম্দ জগৎকি জিবন হিংবনি। সৈত অচুম্বদ, নব মীওইবগি, আযন লৈফম্নি হাযব খঙ্নব সৈতনবাযন্গি মুবতি নিবপোন্ তৌদুনা লাৎনবনি। অসম্ব ব্রাদি বেদান্তন যাবব সৎ হাযব অসিদি জগৎত অনী সুব নৎতবনি, জগৎ অপূম্বদ সীন্থুংন লৈবিব সৎনি। বেদগি লোন্দাদদি

সৎ-পু ব্রম্ত হাযনসু খঙ্নৈ। ব্রমহদি সৎনি; অসৎ হাযব অসিন পুক্নিংতন স্রেম্ব পুক্নিংতন থোক্হনব মহামাযানি। অদুগুম্ব অনীলোঙ্দব সৎ হাযবদি অদ্বৈত অদুদ চঙ্জব হাযবদি অনী লোঙ্দব পুক্নিংদ চপ্ চুংদুন লৈব হাযবদি পুক্নিংন পুক্নিংদত লৈব (মন্মনাভব) ফিভম্ অমবু হাযবনি। মতম্ অদুদ সৎ-চিৎ আনন্দ হাযবদি সাত্বিককি ওইব অসেংব নুংঙাইব ফাউব ঙম্গনি। মদুবু নিত অবেপ্প আনন্দ নুংঙাইব নিতাইনন্দ হাযবদি তাইবঙ পোৎচাক্সিংন ওইহন্ব ঙম্দব, অহোংব লৈতব, অবেপ্প নুংঙাইব হাযব বানি। মবম্ অসিন নিতাইনন্দ ফংগে হাযববদি অনীলোঙ্দব পুক্নিংন সৎ হাযব মসক্ অদুদ চপ্ যুংদুন লৈব তাই হাব যোংদোকপ সিংব আবদৈর্তগি সুদ্রানি।

জগৎন সীঙথানবিব নু' ঙাইবগি মখল্ যাম্খ্রে। সীঙ্থাব ঙম্বপোৎ নৎতে। অদ্বু অদুগুম্ব নুংঙাইবসিং অদুদি অনিত হাযবদি মতম ঙাইহাক্কি ওইব নুংঙাইব মনুংঙাইনা, অবোইব অখম্ব নাইব ঙাক্তনি। ঙাইহাক্ ঙাইহাক্তংগি ওইব নুংঙাইবনি, নিত ওইব লেঙ্দব অবেপ্প নুংঙাইব হাযব অদুদি নৎতবনি। অদুগুম্ব কবিগম্ব অহোংব লৈতব, অমাঙ্-অতা লৈতব মখলগি নুংঙাইব অদুবু নিত-অহোংব লৈতব, আনন্দ-নুংঙাইব অসমন হাযব বানি। অসিগুম্ব অসিদি সাধোন তৌদুন ধিযান্দ লুপ্পব অদ্বৈত ওইবব ভাপ হাযবদি পুক্নিং অনী লোঙ্দ্রব একান্তিক ওইব ভাপ অদুদ লুপত্নন লৈখ্রব সাধোক্ মহাক অদুতন ফাউব ঙমবনি। নিতাইনন্দ ফংগে হাযববদি আবদৈতদ চঙ্জৌ হাযব অম লৈবিবসি তবাই তবাইব বাফম্ নৎতে। মী অদুদ চঙজৌ হাযব নৎতবনি, মাগি পুক্নিং অদু অদ্বৈত ওইযু অনী লোঙ্গনু, "মনস্থৈর্য" পুক্নিংন পুক্নিংদ চপ যুংসিন্দুন লৈযু হাযব বানি। মতম্ অদুদত নিতাইনন্দ ফংব ঙম্গদবনি। অনীলোঙ্দব পুক্নিংদ চপযুংন লৈবব মতম্দ নিতাইনন্দ ফংব হাযবসিবুদি সোযদ্রব বানি। লুবিবদি "মন্মনা ভব" অনীসুদবা, অদ্বৈত

হাযবদি অকসব (অক্ষব) গি মসক ওইব ব্রমত অদুদ পুক্নিংবু চোইথোক্তন থম্মু হাযব মতাং অসিনি। ব্বাখল্লোন্ অসিমক্তি সাকাব উপাসোক্সিংসিসু, নিবাকাব উপাসোকসিংগিসু পন্চতৎত্বগিসু অহৌব অহান্ব খোঙ্থাঙ্নি। পুক্নিং হুকত্রবদ হাযবদি পুক্নিং মোৎলবদ নুংঙাইব যাইফব ফংব হৌনদে। মবম্ অসিন পুক্নিং হুক্চিন্ফম্ মফম্ অমদি লৈতব ইযা যাদ্রি। ব্রমহ উপাসোক্সিংন "ওম" হাযব খোন্থোক্ অসিদ পুক্নিং হুক্চিন্ফম ওইদুন হৌবি, হুক্চিন্ব কাঙ্বু অমন অন্তবংগদ পুক্নিং হুকচিন্দুন লৈ অদুগ সাকাব উপাসোকসিংন মান মান পাম্জব সিঁবমুবতি অদুদ পুক্নিংগি থম্ফম্ ওইনৈ। মতৌ অদুগুম্ন গৌবিয সমপ্রদাযগি বৈস্নোপসিংন সিবিগৌবাংগ মহাপ্রভুদ পুক্নিংগি হুক্চিনফম ওইদুন অদ্বৈত, অনীলোঙ্দব পুক্নিংবু চপ্ চান যোক্খৎলব হাযবদি থমোক সোংলব মতম্ অদুদত নিতাইনন্দ অমাঙ্ অতা লৈত্রবা নুংঙাইব ফংগনি হাযব তৎত্বনি। অসিগুম্ব মপোক্ অসিদসু অতৈ মপোক্ কযাদসু অমাং অতা লৈত্রব নুংঙাইব— "নিত্য + আনন্দ" গি মহাও অসিবু ফংজবোলাও হাযব মওংদ মুদ্রান উৎলি।

সিবিগৌবাংগ মহাপ্রভুবু মাগি বাঙাং-সাঙাং মতৌমওং উকবদ অদুঙৈগি ব্রজবোস অমসুং ব্রজপ্রেম্বু নৌহৌন ফাউহল্লি, হাযবদি সিবিক্রিস্নবু নিঙ্সিংব/পুক্নিংদ ফাউব ঙম্ব চেতনা লৈহল্লি হাযবগিদমক প্রভুবু সিবিক্রিস্ন চৈতৈন (শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য) নৎত্রগ সিবিচৈতৈন (শ্রীচৈতন্য) অসুম্ন গৌবসমপ্রদাযন খঙনৈ। সিবিনিতাইনন্দগ সিবি চৈতৈনগ অনীসি মুদ্রা অমসুং ভাপ-ভংগিমা ঈমান্ মান্নৈ, খেন্নদে। খেন্নব অমতং হাযববু প্রভুন মযোলনি হাযব অসিখক্তনি।

"ক্রিস্ন" (কৃষ্ণ) হাযবিব ব্বাহে নাম অসি অমুক্ক কুপথন নৈনব মতম্দ "হবি" সোযদন থেংনগনি। "হবি" হায়বিব ব্বাহে নাম অসিবুসু অমুক্ক কুপথন নৈনব মতম্দ সিযাম (শ্যাম) সংবান্নব থেংনগনি।

পূম্নমক্ অসিবু মিৎ উইসিন্দুন যেংব ধিযান্ তৌব মতম্দ অমম্ব অমুব থেংনগনি। জগৎ পূম্নমককি হন্জিন্ফম্ ওইব মফম্নি। ফিভম্ অদুদ অদ্বৈত হাযবিব ফিভম্ অদুদ চপযুংন লৈবব মতম্দ ঈসা ঈসাদ মহৌসাগি ওইন লৈবিব প্রকম্প (মনিক) মযেক্ সেংন ফাউবক্কনি। ব্রমহতৎত্ত্ব থিবসিংন মদুবু খঙ্নব/ফাউনব হোৎনৈ। ফিভম্ অদুবু কেনোপনিসৎ (কেনোপনিষৎ) ন অসুম্ন হায– "নতত্র চক্ষুর্গচ্ছতি ন বাগ গচ্ছতি নো মনঃ। ন বিদ্মো ন বিজানীমো যথৈতদনু শিষ্যাৎ ।। ৩ ।। " (কেনোপনিষৎ) মফম্ অদুদি মিৎন চঙ্ব ঙমদবনি, ব্রাহ্মিনসু ফোংদোক্প ঙম্দবনি, পুক্নিংফাউবন চঙ্ব ঙম্দবনি, তাকন তাক্ন খঙনদবনি আসনি। হাযবিব ফিভম্ অসি যৌব মতমদ ভক্তিগি লম্বীদ চৎপ বৈস্নোপসিংন মাগি মাগি নিঙজব লাই (ইষ্টদেব) অদুগি মফম্দ পুক্নিং চপ যুংদুন চেৎন থাগোনন্দুন তোযসাং সিৎন লৈবদ ঙসাইগি প্রকমপ (মনিক) অদুন পুলকিত (তু-চুংব) ওইবক্তুন মসাদ সাত্বিক বিকাব সোযদন ফাউবক্কনি। মতম্ অদুদ ফাউবক্প মাগি আনন্দ নুংঙাইব তাইবঙপান্বদ/মীওইপোকত থোইদোক্ন তাঙব মখলগি নুংঙাইব, মথংগি মপোক্সিংদসু অদুম্ন অদুম্ নুংঙাইকুব যাব অমাঙ-অতা লৈতব মখলগি নুংঙাইব নিত্যাইনন্দ (নিত্য আনন্দ) গি সেংলব মহাওনি। অসিগুম্ব বোস অসিবু অনীগি মান্নব মুদ্রা অমসুং ভাপ-ভংগিমা অদুন মযেক্ সেংন উৎপনি।

সিবিগদাধোব পন্দিৎন মহাপ্রভুগি ওযদ লেপ্তুন মখুৎ যেৎন প্রভুদ লৈ পীবসি মুদ্রানি, যেংঙিব মিৎযেংন ভক্তিগি মচি ওইবিব ইংব তপ্প থোৎ-মেঙ্ব নুংসিব প্রেমগি ধাবান মযোল্ ওইবিব প্রভুগি মফম্দ চেন্সিন্ববু উৎপনি। লৈ পীব/কৎপ হাযবগি নুংগি ওইব আবথাদ লৈগুম থোৎপ মেঙ্ব থমোয পীব হাযব ব্রানি। গদাধব হাযবগি আবথাদি গদাপাযব হাযবনি। নুংগি ওইব মবোল্দি মপাংগল লৈব পাংগন্ব

হাযবনি। প্রেম্ হাযব অসিদগি হেন্ব পাংগন্বদি জগৎত লৈতে হাযনবিব অদুনি। সাথীশ্রব নোংসা কৈফাউব নুংসিনবু লোযনববদি মবুপ ওইন লৈমিন্নবগি ৰাবী ৰাখুন খুদম্ কযা লৈখ্রে। প্রেম্ নুংসিব হাযব সর্কতি অসিবু কনাগুম্ব কবিন হলাদিনি সকতিগ উপমা তৌব্রি। হলাদিনি হাযবদি ইন্দ্রদেবগি বজ্র কৌব খুৎলায অদুবু খঙনৈ, নোংথাঙ কুপ্পবুস্ খঙ্নৈ। লৌসিনগদবদি প্রেমগি থোঙজেল্ অসিদি নোংথাঙ্ কুপ্পগি মতৌগুম যাঙ্ঙি, নিঙবদ হেক্ত যৌবি অসুম্ন লৌব ঙাই।

সিবিস্রিবাস পনদিৎকি মৃদ্রাদি নোনজবনি, পুম্নমক্কাক মফম্দ ভর্কতি তৌবনি। পনচতৎত্বগি মুদ্রা লিংখৎখিব মযমদি স্রিবাসকি মাংগোন্দনি মতম্দি চঙী ১০০ বোম্গি মমাঙগি মতম্দনি। স্রিবাস হাযবগি আবথাদি ধবম (ধর্ম্ম), অবথ (অর্থ) কাম পুম্নমক্কি বাস লৈফম, ভুক্তনফম ওইব হাযবনি। সম্না হাযববদ যাম্ন ইনাক্ কৈবাক্ খুন্নব ইমুং হাযবনি অদু ওইবগস্ ভর্কতিন মবম্ ওইদুন তৎত্ব মঙাগি মন্নংচনবনি। ব্রমহ তৎত্ব নৈনব মতম্দ সত্ব-বজ তম কৌব গুন অহুম্ নৈনবগুম্ ভর্কতিগ তৎত্ব নৈনবদ পন্চতৎত্ব নৈনবনি। তৎত্ব মঙা অসিবু মুদ্রা মঙা ফোংদোক্অবসু মঙা অসিন থৌবী মবৈ তাবগুম তাসিল্লগ ওইব ফিভম অদুমক্ ভক্ত অমগি থমোযদ ওইগদব মওংনি। পেম্ ভর্কতিতন পাম্বৈ ওইদুন নিঙ্নফম্ অদুদ চপযুংন লেপ্নব হাযব তৎত্বনি। তৎত্ব মুদ্রাদ খুবুম্মু হাযব নৎতবনি। হাযবিবসিং অসিগি অসম্ব ৰাদি সৈনাস' বৈবাইগ ওইব হাযব অসিনি। সৈনাস মবু ওইন আতুব সৈনাসকি মতাংদ বৈষ্ণোপসিংন দীখাগুবু (দীক্ষাগুরু) হাযব অম কনন ঙাঙ্নৈ।

**দীখা (দীক্ষা)** — "দিব্যং জ্ঞানং যতোদদ্যাৎ কুর্য্যাৎ পাপস্য সংক্ষযম। তস্মাদ্দীক্ষেতি সা প্রোক্তা দেশিকৈস্তত্ত্ব কোবিদৈঃ। যথা দীক্ষা বৈধানেন দ্বিজত্বং জাযতে নৃনাম্॥"

আবথদি— তত্ত্বকোবিদৈ — তৎত্ব খঙ্বব, দেশিকঃ — কনাগুম্বব ওজা অমন, দিব্যংজ্ঞানং যতোদদ্যাৎ— দৈবগিযান্ হাযবদি লাইবম্লোনবু (ব্রহ্মজ্ঞানবু) তাকপিদুন, কুর্য্যাৎ পাপস্য সংক্ষযম— পাপ্কি হৌভম ওইবিব অপঙ্বব হাযব অদুগি মবু লেম্ফু ফুক্তোক্পিব অদুগুম্বব মহাক্কি থৌ অদুবু, তস্মাৎদিক্ষা ইতিসা প্রোক্তা— দীখা কৌবি হাযবি। যথ দীক্ষ— বিধানেন — অসুমন ওইব দীখা অসিগি মতেংন, দ্বিজত্বং জযতে নৃনাম্— মীওইবন অনীসুব মপোক্ দ্বিজ হাযবদ্ ফংঙি হাযবি। দ্বিজ হাযবসি ব্রামহোনবু খঙ্নৈ হাযব বাফম্ মথক্ত নৈনখ্রবনি। কবিগুম্বব দীখাগুরু (দীক্ষাগুরু) ফংদ্রগ সিবিগুবু ওইবদ মতিক্ চাগদব গুবু অমদ তৌগনি। গুবু অম যাউদ্রবদি বৈষ্ণোপকি সদাচাবত লৈতে, ভক্তি সাসত্রগি (ভক্তি শাস্ত্রগি) বিবুধনি (বিকর্ম) হাযবি। অদুন গুবু কবিনো, গুবু কদাযবু কৌবি খঙদোক্ফম্ থোকই।

গুবু— গু-লংলা লংজিন থিদোক্প ঙম্দবমখৈ পূন্সিখ্রিব কিসি, কুবু সংজিনদুন লৈখ্রব হাযবদি পুকানংগি অমম্বব অমোৎপবু খঙ্নৈ, ব্ — লাওব খোংব, সাথেং লানথেংনব অমবু অমন ঙমগে তান্নববু খঙ্নৈ। অদুন "গুবু" হাযববদি অদুগুম্বব মী মহাক অদুগি অমোৎপ অমম্বব পুক্নিংবু সেংদোক্নব চুমথোক্নব হোৎনবদ লান অম থেংনবগুম্ লাংসোক্নবিব মী অদুবু গুবু কৌবি হাযবনি। অদুন অসম্বব বাহন্থোক্ত গুবুগি আবথসি থোইদোক্ হেন্দোক্ন মতিক্ মগুন্ লৈব মী হাযন হন্দোকনৈ। বামোনখক্তন গুরু ওইগনি হাযবদি লৈতবনি। "জন্মনা জাযতে শূদ্রঃ সংস্কাবৈঃ দ্বিজ উচৎতে।" সুদ্রগি মপোক্ত পোক্তুনসু মাগি হোৎনজমন দ্বিজ-ব্রামহোন ওইববসিং অদুবুদি গুবু ওইবদ চিংনফম লৈত্রবনি। ব্রবব্রামহোনন গুবু ওইবদগীদি দ্বিজব্রামহোন্ অমন সবুক্ ফম্ম হেন্ন ফবনি। কনাগুম্বব বৈষ্ণোপ খবদি ব্রমহতত্বগি বাফম অসি ঈতা তানিংদবগুম্ তৌরি; অদুবু অন্তকালগি মতম্দগি বামোন্ কৌ হেক্ত

হাযবনি। চৎনবী অসিগি নুংগি ওইব আবর্থাদ ঐখোযন বামোনসিংবু হাযবদি ব্রামহোনসিংসে ব্রমহতৎত্ব খঙঙবনি মচৎসু অদুম্ন চৎলবনি হায়ন লৌনৈ।" মসিন উৎলিবসি অবোইব মতম্ লাকঅবদ ব্রমহগিযান থাদোক্‌প যাব নৎতে হাযবনি। মবম অসিন থৌ খুদিঙমক্ খঙ্‌ন তৌব চুম্মি। খঙ্‌দন মযাম্ন তৌনৈ হাযদুন মযার্মগি মতুং পঙ্‌ইন ইন্‌ববুদি খঙ্‌ন তৌবন ঈসাগি অমসুং লৈবাক খুননাইগি কাননব ওইবনি। খঙ্‌দন তৌবদি লৈবাকখুননাইগি মাঙ্‌নবগি মসক ওইবনি।

**থোঙ্‌বিযা**

**য়েলহৌঙৈদগি** চী-তম হুপন নুংসি চান্‌নন লৈমিন্‌নজবক্‌প মৈত্রবাক্ লমদম অসিদ বেদগি ববন ভেদন কাংখোং চাইদুন মী মসেল অমগ অমগ মাংঙি সেংঙি হাযদুন ইনথোক্‌নবদ অনী সুন তিনন্‌ব যাদ্রম মতম্ অদুদ লৈপাক খুন্‌নাইগি যাইফ-বাখল্ খনবীবমব থাযর্নাগ অহনাসিংগি মনুংদ **থোঙ্‌বম্ য়ুমজাও** সীঙ্‌থাব যাব মৈতৈগি পনাদং অমনি।

মতম্ অদুদ বেদধবর্মগি হৌনবী ব্রামহোন (ব্রাহ্মন), খোত্র (ক্ষেত্রি), বৈস (বৈশ), অমসুং সুদ্র (শূদ্র) হাযন খঙ্‌নব মীওই কাঙবু মবি অসি মৈত্রবাক লম্‌দম্ অসিদ সুক্‌লৈ লৈবম্‌দব কাঙবু ঙাক্‌তনি। যেল্‌হৌঙৈগি যেংঙুববদি মসাগি ওইব তোপ্-তোপ্‌প বেদ হাযবদি লাইনিং লোনচৎ লৈজবম্ব লৈবাক্‌মচা তাব মৈতৈ খুন্‌নাইনি। হাযবিব খুৎপু মবি অসিগি মনুংদ ব্রামহোন (ব্রাহ্মন) গ খেত্রি (ক্ষেত্রি) গ কাঙ্‌বু অনী অসিন অৱাংব থাক্‌কি কাঙ্‌বুনি হাযন লৌরি। অনী অসিগি মনুংদসু ব্রামহোন্ (ব্রাহ্মন) হাযব কাঙ্‌বু অসিন ব্রমহাগি মচিন্‌দগি থোবক্‌খিব খ্বায়দগি ঈহেন হেন্‌ন ৱাংবা থাক্‌কি কাঙবুনি, "বর্নানাং গুরু ব্রাহ্মন্" অসুম্‌নগকা লৌরি অমসুং থাজনৈ। অদুগ অতৈ লেম্‌হৌব অনী হাযবদি

বৈস (বৈশ), সুদ্র (শূদ্র) অদুদি হন্থব থাক্কি কাঙ্বুনি হাযনা লৌদুনা চাক্চা-ফিদাফাউব তিন্নব য়াদবনি হাযবনি। মসিগুম্ব অসিদি কুপ্নে যেংসিন্ব তাববদি ভাবতকি সংবিধানগি বিবুধনি হাযবদি ভাবতকি চৎনপথাপন যাদবনি, গীতানসু যাদবনি — 'সর্ব্বভূতস্থমাত্মানং সর্ব্বভূতানি চাত্মনি। ঈক্ষতে যোগযুক্তাত্মা সর্ব্বত্র সমদর্শনঃ ॥ (৬/২৯-গীতা) যোগদ লৈবব হাযবদি ঈসোবদ পুক্নিং লুপ্লব মীন জগৎত লৈবিব আত্মা পুম্নমক্ মসামক্নি হাযন চপ্মান্নেন উবনি, হাযবিব অদুনি।

বামোন্সিং অসিন মৈত্রবাকত ঈহান্ হান্বে ওইন চঙ্ঙকখিব মতম্সি মৈদিংঙু (মৈতৈ নিংথৌ) কিযাম্বগি (ইং ১৪৬৭-১৫০৭) মতম্দনি। ক্বাইলাৎপম, সিবিমযুম, গোতিমযুম, সীজগুবুমযুম্, ককচিংতাবম্, অগিকাবিমযুম, বাসর্পতিমযুম অমসুং লৈহাওথাবম্ অসিনচিংব বামোন যুমনাক ১৮ লোম মতম অদুদ মৈত্রবাক্ত অহান্ব ওইন চঙ্ঙক্খি। মখোযব নিংথৌনা বামোন হাযন সক্খঙ্বিখিবনি। অতৌদি তোঙান্ তোঙান্ব মতমদ তোঙান্ব মৈদিংঙুসিংগি হাক্তক্ত মথং মতং চঙ্ঙকতুন নিংথৌন যাবিব মতুংইন্নে মাগি মাগি যুমনাক্ লৌনখিব ঙাক্তনি। (বামোন খুন্থোক্লোন্দ যেংবিযু) বামোনসিং অসিসু নোংচুপ হাবমনি। মৈতৈনিংথৌ মৈদিংঙুসিংবু নিংথেম্ হাযনসু খঙ্নবম্ববু ইং ১৭২৪ দগিদি "মহাবাজ" হাযব ৱাহৈ অসিন সিন্দোক্খি। লোযন লোযনন বামোনবু "ব্রামহোন্ন" সিন্দোক্খি, চাক্লোযবু "পুজাবিন" সিন্দোক্খি। ব্রামহোন্সিংগি থবাযদি বেদনি। মতৌ অসুম্ন বামোন্সিংনসু বেদধবমবু চেৎন থাগোন্জখি। অথেঙ্ব মতম্গি মৈতৈ নিংথৌসিং মহাবাজাসিংন বামোনসিংবু থোইদোক্ন লুন চান্ন তৌজে। লুগুন্ থাংবগি থৌ অসি নিংথৌন বামোনসিংবু তৌহল্লি। নিংথৌন লুগুন হেক থাংবদ বামোন অদুদ লৌ পবী অমা পী মদুবু লুগুন লৌ হাযন খঙ্নৈ। খুদম্ অমতং

পল্লবদ গুবুমযুম্ হাযবিব যুমনাক্ অসি মৈদিংঙু চলাম্বগি (ইং ১৫৪৫-১৫৬২) মতম্দ বাযগৌবী ক্রিস্ননোগোবদগি লাক্খিব কৈলাসোব কৌব বামোন অমগি মঙাসুব সূথাঙ্ মমিংন পবমানন্দ কৌব অদুন বাজবসি ভৈগচন্দ্রগি (ইং ১৭৬৩-১৭৯৮) গুবু ওইখিবদগি মাগি চাদা নাওদাসিংগি যুম্নাক্ গুবুমযুম্ ওইখিবনি। মতৌ অসুম্ন বামোন্সিংগি বেদধবম্বু হাযবদি ব্রামহোন্ধবমবু মৈতৈনিংথৌসিংন চৈঙাক চৈসৌ পীদুন মতম সাংন যোক্খৎলক্খিবনি। লোযন লোযনন নিংথেম্ হাযবদি মহাবাজগি মচামসূসিংবু নিংথেম্-মচা হাযবদি খেত্রি (ক্ষেত্রি) মচানি বেদাগ ববনভেদগি মনুং চনসিন্দুনা বামোনসিংন সকখঙ্খ। মথং মথং ওইন মৈত্রবাক লমদম্ অসিদ হাযবিব ব্রামহোন খেত্রি অনী অদু চুঙ্সিন্নদু বেদধবম চলাইখিবনি। মদুগি মতুংইন্না কনাগুম্ব মী অম পোক্পদগিন সিবফাউব অর্সিগি মনুংদ তৌবিব সোস্তিপূজা, যুমসেং-কৈসেংব, নাহুং নাবেং, সম্ কোক্প, লুগুন থাংব, কৈহোংবনাচিংব থৌ মযাম আসন তৌবদ বেদ বিধি কাযদনব হোৎনবদ বামোন্সিংন কান্নৈ, লৈবাক বায। মবম্ অসিন লৈবাক্ মীযাম্ন বেদধবম্বু ব্রাম্হোন্ ধবম্ হাযবগস্ খঙনবনি।

গৌবিয সম্প্রদাযগি ভক্তি অমসুং পন্চতৎত্বন পূম্নমক্ অদুবু ঈবায লাযন সমজিন্ব অমসুং সমদৎপ যাবমমবসু মৈঃ তুবী চবাইবোংবন (ইং ১৭০৪) গৌবিয ধবমবু ফন পাম্জদুনস্ ব্রামহোন ধবম্গি ঈথিন্নে মায পাক্পদি ঙম্খিদবনি। কবি অমুক হাযগনি চিৎসাই মহাবাজগি মতম্দ (ইং ১৭৪৮) "গৌবিয ধবম চৎপ খিবিক ব্রাকোংএ" (চৈ: কুম লা ১১৯) হাযব অম চৈথাবোল কুম্বাবদ পল্লম্ব অসিন গৌবিয ধবম হাযবদি সৈনাস ধবম্ পাম্জবসিংবু কযাদ কন্থ্রব চৈথেং পীবম্বনো হাযবদু লাযন খঙ্ব ঙম্মে। মবম্ অসিন হাযবিব মতম অদুফাউবদি

মৈত্রবাকত গৌবিয ধবম্ অসি মবায কাঙখৎপ ঙম্‌মমদে হাযন লৌব তাই। অদুবু মৈতৈনিংথৌ চাঙথংখোমব (ভৈগচন্দ্র মহাবাজ) ন ইং ১৭৯৪ দ সিবিনিতাইন্দ প্রভু লিংখৎলে (চৈ: কুম লা ১৬৬) হাযব অসিন মৈত্রবাক্ত গৌবিয সমপ্রদাযগি অচেৎপ যুম্‌ফম অমদি লৈবম্‌মে হাযন লৌব যাবে। অসিফাউবদস্ হবিনাম মহামনত্রবু ঈসৈ ওইন মযাম্ তিন্‌নদুন সক্‌নব, গৌবিয সমপ্রদাযগি চৎনবিব অসিস অফব নৎতে হাযন ব্রাম্‌হোনসিংন যাদবনি। (পাণ্ডিবাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা, বিদ্যাবত্ন গবেষনাশিবোমনিগি পূজা পদ্ধতি ১৯৯৬, লা ৩৫ দ যেংবিগনি)। অদুবু গৌবিয সমপ্রদাযগি মযোল ওইবিব সৈনাস ধবমগি লম্ অসিদ ঈচং থৌন লম্‌যান্‌খিব মাদি **থোঙবম্ যুমজাও** হাযবব ওজা অসিগি মমাঙদ কনাগুম্‌ব অমৎত থেংনব লৈতে। বেদধবম্‌ন নম্ নম্‌দনা অদুম্ লাকপনি।

মন্‌ম্ অদগি লৈবাক্কি অঙম অথৌসিংনাদ ওজা যুম্‌জাওবু থোঙ্‌বিযা হাযন খঙনবমবনি। লৈকাযন থোঙবম্ ওজা হাযন যাম্‌ন লুন বেভাব তৌজব, গৌবিযতৎত্ত্ব মমৎতান খঙব মীসক্ অমনি। ওজা অসিন পনাচতৎত্ববু (পঞ্চতত্ত্ব) মযোল্ ওইন লৌখৎতুন, মতম্ অদুদ যঙ্-যঙ্ লাওন চৎনবম্‌ব বেদধবমবু সম্‌দৎতুন পন্‌চ পন্‌চ হাযবদি মীওই মঙা মঙান লুচিংব কাঙ্‌বু কাঙবু সেম্‌গৎতুন সৈনাস (সংন্যাস) ধবমবু যোক্‌খৎনব কন্‌ন হোৎনবম্‌বনি। বেদধবম চৎলুবদগি, অমদি বেদগি ববন ভেদ ইল্লুবদগি চীঙ্‌মী তম্‌মী অনীগি নুংসিনবম্‌ব মবী নোংম নোংমগি থাপতোক্‌নবক্‌প অদুখক্ত নৎতন মৈতৈ মসেল্ মবক্ত থক্‌সি খাসি কাবল্ তাবক্‌প, নোংচুপ হাবম্‌ন কোক্ত, লুবেন্‌দ ফম্‌মক্‌প অসিগুম্‌ব যেংহৈদব তৌহৈদব থৌ মযাম্ আসন অমগ অমগ মহৈ মহৈ খাইবুং খাইবুং কাযনবক্‌প মযাম্ আসিগি হযেংতুংদ থোক্‌অগদব তেক্‌চাক্ মযাম্ ওজা থোঙ্‌বিযান যাম্‌ন মাঙ্‌জৌনন উবম্‌বনি। মবম্ অদুন ওজান বেদধবমবু সমদৎতুন সৈনাস ধবম যোক্‌খৎপদ নিঙ্‌ব কাযবব মতম্

অদুগি জোজমান্ (যজমান) চাব জৈগিকব্রামহোন (যজ্ঞিক-ব্রাহ্মন) সিংন পন্চ হাযব ৱাহৈদুবু পংকোৎ ওন্থোক্তুন থোঙ্বম্ পন্চ হাযগদবব্ থোঙ্বম্ পংকোৎ হাযন পাওথোক্নব হোৎনবম্ব ৱানি। অদুবু লৈবাক খুন্নাইগি যাইফগদব লম্বী লম্যান্বদ নিঙ্হন্নব লৈতব, নোকন নোকন মবিল্ খাব ওজা অসিন মতম্ মতম্গি থোবক্প থৌদোক্ ৱাথোক্ পূম্নমক থৌনা লৈন মাযবোং যাবম্বনি।

ওজা থোঙ্বিযাগি লম্জিং মখাদ লিংব পন্চসিংগি মনুংদ কনাগুম্বগি ইমুংদ অনা অযেক্ যাউববদি লৈকায চঙ্দুন অবাব সবুক যামিন্নৈ। কবিগুম্ব মবাযবক্ থীদুন লৈতব তাববদি চহী ৩ সুদ্রিব ওইবগন লৈবোন্ চন্ব, চহী অহুম্ সুব ওইবগন অন্তকাল হাযবদি লোইবম্দাইগি মিকুপ অদুদ সৈনাস ধবমগি কাঙ্লম্ খঙ্ব ওজা অমন অনাব অদুবু ঈবু-মাযতাবীবগ চনদোন্-চবা থিন্বিবগ মখাংদ দোব কিসিন্বিদুন কৌপিন যেপ্সিন্বিবগ বাহিববাস সেৎচিন্বিদুন ঝুলি, তুলি লৈতেংবিদুন সৈনাস ধবম লৌবগি হৌনবী পূম্নমক্ মতম্ অসিদ থুং যাঙ্ন লোইসিল্লি। হান্ন লুগুন্ থাংব ওইবগন দোব পুনদ্রিঙৈদ লুগুন হান্ন লৌথোক্নৈ। মসিগি নুংলোন্দি লুগুন্ (নুগুন্) থাংবগি মবু ওইবিব "তৎসবিতুর্ববেন্যং ভর্গ দেবস্য ধীমহি ধিযো যো নঃ প্রচোদযাৎ।" (ঋগ বেদ ৩/৬২/১০)। হাযবিব বিগবেদগি ব্রম্গাযত্রী অসি লৌথোক্এ,' হুক্তোক্এ, বেদগি লীপুন্গি ৱাংম লান্থোক্তুন সৈনাস ওইববনি হাযব ভাপনি। অদুন লুগুন্ লৌথোক্অব মতুংদ দোব পুল্লি।

সৈনাস ধবম হাযবদি ভেক্/বেস লৌবগি মতাংদ মথক্ত নৈনখ্রব অদুনি। মদুগি মনুংদ সিবম্দাইদ সৈনাস ধবম লৌব অসিবু আতুব সৈনাস কৌৱি, মথক্তসু পনখ্রব অদুনি। "সিবম্দাইদ ভেগ লৌবদি মথকত হাযখ্রব সংস্কাব তবা হাযবদি চবা হেন্ব, সম্কোক্প, ঈবুজব, মালাপাযব, চন্দোন্ থিন্ব, মিং থোন্ব, মনত্রদান তৌব, কৌপীন

সেৎপ, ক্রিম্ন পুজা তৌব, আত্মা সমবপন তৌব হাযব সংস্কাব ১০ অসি তৌগনি, মী অদুন সিবমদাই ওইবন ঙম্দ্রবসু অতৈ অতৈ ঙম্দবমখৈ তোক্অগ তিলকনচিংব অঙম্বমখৈ তৌদুন কৌপীনডোবী বাহির্বাস পীবগ তবাসুব আত্মসমর্পন অদুদি সিগদৌবিব মী অদুবু হাযহনদুন শ্রীকৃষ্ণদ মসা অদু কৎকনি। মসি শ্রীগুরুগী মাঙ্গদ শ্রীগুরুন সাক্ষী ওইদুন তৌগনি। কবিগুম্ব দীক্ষা গুরু ফংদ্রগ শ্রীগুরু ওইবদ মতিক্চাব গুরু অমদ তৌগনি। গুরু অম যাউদ্রবদি বৈষ্ণবকি সদাচাব লৈতে অমসুং ভক্তি শাস্ত্রগি বিরুদ্ধনি।" অসুম্ন পূজাপদ্ধতিগি লা ২৩৬ ত পল্লি। পল্লিবসিং অসিগি মনুংদ তসেংন ওইব যাবোইদব হাযবদি সিগদৌবিব মী অদুবু আত্মাসমবপনগি সাংঙব মনত্র "সর্ব্বধর্ম্মান" অসিন হৌব "মাং মদীযমহংদদে" অসিন লোইব অতম্ব মহাক নৎতন কবি হাযবিবনো খঙ্দন গাযহনৱে হাযবসি ওইব যাবোই। মতিক্চাব গুবু হাযব ব্রাতা অসিমদি মথক্ত নৈনখিব অদ্ অমুক্ হন্ন যেংবিগনি। "ঙম্দবমখৈ তোক্প" হাযব বাখল্লোন্ অসি ওঝা থোঙ্বিযান তসেং তসেংন যাবম্ব বাখল্লোন্নি।

সিগদৌবিব মী অদু হৌজিক্ সৈনাসি ওইববনিন ভিখা হাপ্পগি মতাং অম লাক্এ। ভিখাদি মহামনত্র হাযন খঙ্নব হবিনাম ১৬ অসি ঝলিদ ওন্সিল্লগ সোন্দুন হাপনব পন্চদ চৎনৈ। নুপী অঙাংন চেঙ্-হবাই মুৎ অমমম্দং হাপনৈ। থৌ পূম্নমক্ অদু লোইববদ ঙসাযগি ওজা অদুন সিগদৌবিব মী অদুগি মিহুন্ তৎলে হাযব হেক্ খঙ্বগ "বৃন্দাবন যাত্রা হবি বল" অসুম্ন লাওবগ মোইবুং খোংদুন পুঙ ঝান থীনদুন অৱাংথংব নাক্থ ফাউবগ খাঙেনফম্ তান্ন পুথোক্নবমমি। মতম্ অদুফাউবদি মাইবন (বৈতন) মিহুন যেংদুন সেন্নদুন লৈনবম্মি। খাঙেন্ফম্দ ঙাইহাক্ থমমিঙৈদ কৃ/কাইনচিংন সেম্সাব লোইবগ অসিব হকচাং অদুদ কৃ অদুগি মনুংদ হাপ্পগ "বৃন্দাবন্ প্রাপতি হবি বল' অসুম্ন লাওবগ নামদাকা (নাম্ডাকা) যৈদুনা মোন্সিখা (মনশিক্ষা) সকতুন

তোববান্ নৎত্ত্রগা ঈসিং মপান্ তান্ন পুথোক্তুন সীঙ্ সেম্মগ পোৎলোইব চৎনৈ। সীঙ্ সেম্ব মতম্দ চান্দব্রা থাক্নন্নচিংব খন্ব পন্চদ চৎনদে। অস্তি সনচোই (অস্তি সঞ্চয়) অসিবদগি সবু অকাব লৌব পন্চদ চৎনবম্দে। মবম্দি মদো বেদগি বিধিনি হাযন পন্চন লৌব্রি। পন্চনদি কাবুম্ তৌবব লাইবক্কি সবু লূকং অদুবু চিন্তামনি হাযবদি নিঙ্নফম্নি হাযন লৌদে। পনচগি নিঙ্নফম্ চিন্তামনিদি সিবিক্রিস্ন চৈতে (শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য) মথন্তনি হাযন লৌব্রি। মোংফম্দ তৌবিব সংস্কাব জৈগ অদু লোইসিল্লক্প মতাংদ কোম্ অম লুন তৌবগ অচাক্প মৈতাল্সিং অদু ঈসিং হৈজিনদুন মুথৎলগ কোম্ অদুদ ফুমজিন্বে চৎনবম্মি। কোম অদুদগি ঈবম্ মচা অমা সেম্মবগ মৈতাল্ লেম্খাক্ মথান্ অদু খোৎচিল্লগ লৈবী নাদুন ঈসিং হৈবদ থোক্প ঈবম্ মচা অদগি ঈসিংগ তুবেল্গি ঈসিংগ হেক্ সোক্ন সম্নব মতম্দ গুসাইগি ওজা অদুন থোনখিব সৈনাস অদুগি মমিং হান্ন হাযবগ 'গঙ্গা প্রাপ্ত হবি বল" অসুম্ন সংস্কাব অদ লোইসিন্ব পন্চদ চৎনবম্বান। লোইসিল্লক্প অসিদ পৃষ্ঠ-স্নান-নামাঃ অহুম্ অদুখক্তং নৎতনা অতৈ পূন্নমকতি ঈসিংদ সৃদোক্ চাম্থোক্অগ কোক-লু তূম্থোক্তুন তুবেল্ অদুদ ঈবুজথোকঅগ মংগাব পন্চদ চৎনবম্মি। মংগাবক্পদ ইকোন্ কোন্ব নুপা অদুন মখুৎত থাঙ্জৌ অম পাযবগ মমায মোংফম্ অদোম্দ ওন্সিনদুন মসাবোম্দগি হৌবগ লৈই ৭ খক্ (তবেৎ) ফৈদা চিংদুন মংথোঙ্ থিংঙম্বগ মমায ওন্থোক্তুন হন্ন যেংঙম্দন মযুম্দ হল্লক্প মৈতৈগি গান্নগি নাৎ অসিসু ঈবোযনন অদুম্ চৎনবম্বনি। লৈখিদ্রব অদুগি মসা তুম্ব মতুং অদুদ মাগি ইমুংদ হবি সংকীবতনগ লোযনব লাইবিক্ মতেক্ অম তাব চৎনবম্মি। অসিগুম্ব সংস্কাব অদুন নুংদাংগি মতম্দ থোক্অবদি লাইবিক্ তাবগি থবক্ অদু নোঙান্বগি অযুক্ত নৎত্রগ নুংথিল ওইন তৌব পন্চগি চৎনবীনি। মতৌ অসুম্ন মসা তুমব মতুংদ তাব লাইবিক্ তাবগি থৌ অদুন লৈখিদ্রব অদুগি

সোবাৎনি, সবাধ কবমনি হাযবসি ওজা থোঙ্‌বিযাগি অচেৎপ ফিবেপ ওইবম্‌বনি। মরম্‌ অসিন হাযবিব লাইবিক্‌ তাব অসিদ ঙম্‌জব দাখিনা (দাক্ষিনা) লুগুন্‌ অমমমদং খঙ্‌দে পৈসা খব খবদং খঙ্‌দে তৌনবম্‌মি হায।

অদুবু কবিগুম্‌ব কনাগুম্‌বন সম্মনব অসিদ পেনদ্রগন, লৈজব মচাক্‌-মবল্‌ খব তিংথোক্‌তুন লৌখিদ্রব অদুগি সোবাৎ খব চাওন সোনগে হাযববস্‌ যাই; অদুবু সৈনাস ওইদুন চৎখ্রব সৈনাসি অমগি মবী থাংনব সোবাৎ হাযব অম লৈফম্‌ থোক্‌তবনিনা বেদগি মনুংচন্‌ব সোবাৎ মসোল্‌ থাদোক্‌কদবনি; বেদগি হৌনবীনি হাযদুন ১৩ নিদ সোবাৎ সোন্‌ফম্‌ থোক্‌প অদুগি বাংম লান্‌থোক্‌অগ ১৪ নিদ সোন্‌ব যাই হাযব মোৎ অসি পন্‌চন কন্‌ন চৎনবমবনি।

সৈনাস ধবম লৌখ্রব হাযব আর্সদি বৈবাইগ ওইববনি হাযবদি সংসাবগি ওইব অপাম্‌ব থাদোক্‌অবনি। অদুন উখোং ব্রাখোং খঙ্‌দে থেংন থেংনবুব, লৈবু লৈবুব মফম্‌ অদু লম্‌বোইবগি ময়ুম্‌বনি। নোংম নোংমাগ অফংব ভিখান সৈনাসিগি জিবিকানি। নাম্‌ সোন্‌জবতন সৈনাসিগি মবলনি। ফমুং কাংথোল, সেৎন ইন্‌নব মমল্‌ যাম্‌মব ফিবোল থোং-থাক্‌নব চফু-উযাল্‌ কোবফু কোবফান সৈনাসিগি সম্‌পতি নৎতে। সৈনাসিগিদি নুমিৎ থাবান অফব-ফৎতব হাযব অম অমুক্‌ লৈত্রবনি। মবম্‌ অসিন বেদন হার্যবিব নুমিৎ থাবান ফৈ-ফৎতে, তৌহৈ তৌহৈদে হাযবিব মযাম্‌ অদুগি ব্রাংমদ পূম্‌লান্‌ লান্‌থোক্‌অব সৈনাসিগি ফিভম্‌নি। মবম্‌ অসিন সৈনাস ধবম লৌদুন স্বপবিবাব পূম্‌নমক্‌পু থাদোক্‌অমদুন চৎখ্রব মাগিদমক্‌তদি সোবাৎ কবম লৈফম্‌ থোক্‌তে। অদুবু মাগি মাগি স্বপবিবাব অদুন নুংসিজবদগি কবিগুম্‌ব খব তৌজগে হাযববদি মদু বেদগি ব্রাংমদ তৌগদবনি। মদুসু সৈনাসি অদুন পাম্‌জব নাম্‌ অদুদ যুম্‌ফম্‌ ওইগদবনি। মবম্‌ অসিন হবিনাম্‌ সংকীবতন তৌব, চান-থক্‌নব অসেংব পোৎলম্‌সিংন বৈষ্ণোপ সেবা তৌব অসিনচিংবসিং অসিদি ওজা

থোঙ্‌বিযান যাম্‌ন কন্‌ন সৌগৎলম্‌ব পন্‌চাগি ধবমনি। হবিনাম্‌বু ঈসৈ ওইন ব্রাংন মযাম্‌ তিন্‌দুন সক্‌নববু অফব নৎতে, তৌবোইদবনি হায়ব পনদিৎবাজ অতোম্‌বাপু সবমগি মোৎ অদু (পূজা পদ্ধতি: লা ৩৫/৩৬) ওজা থোঙ্‌বিযান কন্‌ন যাবম্‌দে। মবম্‌ অদ্‌ন গুনকীবতন অমস লিলাকীবতন তৌবদাগিদি সোবাৎকি মতাংদদি হবিনাম্‌কীবতন তৌব ওজা থোঙ্‌বিযান হেন্‌ন পামজবম্মি হায়ন অহন্‌সিংন তাক্‌পি।

পন্‌চাগি অসিগুম্‌ব যাওল্‌ অসি মথং মথং সন্‌দোবক্‌প মতম জোজমান্‌ (যজমান) চাব পাম্‌ব জৈগিকব্রাম্‌হোনসিংন (যজ্ঞিক ব্রাহ্মনসিংন) ওইজব মাঙসিললক্‌অবদ বাথোক অদু নোংম নোংমগি লৃব অসুম্‌ অসুম্‌ হেন্‌গৎলক্‌অমমি। মমৈথংদদি বামোন্‌ মযাম্‌গি বাকৎসি অদু নিংথৌগি সনা নাকোং যৌখি। ব্রামহোনসিংগি ঈথিল্‌দ খাঙ্‌ব ভুমদ্র নিংথৌন "থোঙবম্‌ পন্‌চ পূম্‌নমক মাংঙে, মখোযগ তিন্‌নব যাদ্রে কনাগুম্‌বন মখোযগি কাঙবুগ তিননবম্‌ব থোক্‌অবদি মখোযবু ইন্‌থোক্‌পদ যাউববনি।" হায়ন সনাযাথং তাওথদুন থোঙবম্‌ পন্‌চ নিংথৌন ইন্‌থোকঅম্মি। মতম্‌ অদুগি চৎনবীদ নিংথৌন মাংঙেগবা হায়দুন ইন্‌থোক্‌প হায়বসি যাম্‌ন কিন অমসুং অবুব বাফম্‌ অম ওইন লৌনবম্‌বনি। অদুন সনা ক্বাগোক্‌, লুপ ক্বাগোক্‌ হান্‌দুন লৌখৎপিনব বানোম্‌ব, হায়জব নোন্‌জব চৎনবম্‌বনি।

নিংথৌন মাংঙে, সোক্‌ন সম্‌নব যাদ্রে হায়ন ইন্‌থোক্‌পিবব ওজা থোঙ্‌বিযা অমসুং মাগি পন্‌চনা ইন্‌থোক্‌প অদুবু কিবুবগি মহুৎত কনাগুম্‌ব অমৎতগি অযেৎপ লৈতনব, নিঙ্‌-থা তম্‌ন ঐখোযগি অপাম্‌ব লম্‌বা চৎচব ওম্‌নব ঈনিংথৌন সীন্‌বিব থৌবাংনি হায়ন লৌদুন গৌবদেসকি কাজিলিলা, গৌবালিলা, উদুখোন্‌ অমসুং বেবাইকীবতন্‌নচিব মওং মওংগি ওইব নামপ্রচাবগি কুম্‌মৈ লিলা কযা লিংখৎতূন পন্‌চাগি কাঙবুদি যাম্‌ন

নুঙাইন লৈথোক্অম্মি। মখোয়দ নিংথৌন ইন্থোক্পগি অৱাব মমি মচেৎ অমৎত তারম্দে। অদু পূম্নমক্কি মথক্ত ওজা থোঙ্বিয়ান "বৈস্নোপ সেবা" হায়ন খঙ্নব থৌ অম হৌদোক্অম্মি।

**বৈস্নোপ (বৈষ্ণব) সেবা** – মাগি মাগি ময়ুম্ ইংখোল্দ ফংব য়েন্সাং-নাপি, লৈজ-লৈজব, চেঙ্-হৱাই মোরোক্ হৈরোক্ অঙম্ অঙম্ব খর খব পুসিন্নরক্তুন জৈগিক্ব্রামহোন্ নৎতব বামোন অমবু থোং-থাক্হনদুন নুপী অঙাং হুপন চামিন্নব অদুবু বৈস্নোপ সেবা হায়ন পন্চদ চৎনব হৌদোক্অম্নি। জৈগিকব্রাম্হোন্সিংদি পন্চন মখুৎ চানবম্দবনি মাংঙি হায়ন লৌনবম্বনি। সেবাগি পোৎচৈ পুসিন্নরক্প মতম্দ তৌগদবদি মাগি মাগি ইমুংদ নিতিগি হৌব চাং অদুদগি খজিক্ খজিক্তং হেন্ন পুসিন্নবক্প'দুন পান্গি অসেংব সেবানি। অদুগ মাগি মাগি ইমুংদ নিতিগি হৌবগি চাংদ পুসিন্নরক্পন নুংগ সেবা কৌরি। পান্গি সেবান বৈস্নোপ সেবাবু খঙ্নবনি অসুম্ন থোঙ্বম্ ওজান বৈস্নোপ সেবা মবি যাওসংগি পেচকারি নুমিৎত অম, ক্রিস্নজন্ম নোঙান্বদ অম, বাধাষ্ঠমিগি নোঙান্বদ অম অমসুং গোবরধোন্ পূজা নুমিৎত অম হায়রিব বৈস্নোপ সেবা মরি অসি পন্চন সোয়দনব কন্ন হোৎনজরম্বনি। হায়রিব সেবা মরি অসি নৎতব অরৈব কনাগুম্বন মাগি মাগি ময়ুম্দ জৈগিকব্রামহোন্ নৎতব বামোন অমবু থোং-থাক্হন্দুন অহল্ লমন্ বৈস্নোপ মঙাতবাংদ সেবা তৌনবসু পন্চদ চৎনরম্মি। পন্চবু যাদব কাঙবুনদি বৈস্নোপ সেবাবু পংকোৎ চাক্চানব হায়ন পাওথোক্ই। নিংথৌন মাংঙে হায়ন ইন্থোক্চরবসু পন্চসিংনদি য়াম্ন হরাওন পুক্নিং মকা লামন কনাবুসু নাচুংবিদন লৈথোক্প ফিভম্ অদুদ নিংথৌসু তৌফম্ খঙ্দব ফিভমদ লৈরম্মি। হান্ন খল্লম্বদি লৌখৎপিনব ৱানোম্ব ৱাকোংবা সোয়দন লাক্কনি হায়ন খল্লম্বনি। নিংথৌন অবোন্ব মী কয়া থাদোক্তুন পন্চগি ফিভম্ য়েংসিন্বগ লোয়নন পংকোৎ নম্ধনব

পাম্বৈ থিবদ অৱাব অম ওইবম্বনি। ওজা থোঙ্বিযাগি অচেংবতবু যেংদুনা লৈনবম্মি।

নোংমা থোঙ্বম্ নিঙোল্ নিংথেমচা ওংবী পাচাসীজাগি মচানুপা অহল সনজেন সন্ঙাক্ ঙম্মব মমিংন কেনদ্রোসনা কৌব চষ্টী তবাহুম্দোই তবামবিবোম্ সুবব নুপামচা অম পেচ্পুখ্রি অচৌবদ তাদুন ঈবাক্নদুন সিবগি থৌদোক্ অম লৈখি। থৌদোক্ অদুদ ওজা থোঙ্বিযান অঙাং অদুদ সৈনাস ধবম পীদুন পনচাগ হৌনবী মতুংইনন মথৌমঙম্ অপূম্বব পাঙ্থোক্খি। থৌদোক্ অসিদ খুচোংচাব লৌদুন থোঙ্বিযান কবিসু খঙ্জদ্রিব অঙাংবু লম্বোইবীসিন্দুন বেদ ধবম কাযহনবব হোৎনবে, লৈখিদ্রব আত্মা অদুগি যাইফনবাগিদমক্ং বেদগি হৌনবী তৌফম্ থোক্প কবম অমৎত তৌদ্রে, বেদবু নিংদো তৌবে, লৈবাক্ অসিদ বেদ ধবম্ মুথৎনব থোঙ্বিযান হোনবে হাযব অসিনচিংব ৱাকৎ মযাম্ অদুন সনানাকোং বাই চিল্লে। নিংথৌন বাফম অসিদি ব্রমহসভাগি মথৌ তাবে হাযন খঙ্হল্লে।

মতম্ অদুদ ব্রামহোন্ পনদিৎসিংগি ওইপ ব্রমহসভা কৌব লোযসঙ অম লৈবম্মি। ব্রামহোন/বামোন নৎতব কনাগুম্বব অমৎতন ব্রমহসভাগি মেমবব ওইবসু যাবম্দে, সভা অদুদ বা ঙাঙ্বসু যাবম্দে। ব্রিতিস সবকাবগি মখাপোন্ন পাল্লম্বব সাব চুবাচান্দ মহাবার্জগি মযামবুং অহনন হাযবিব ব্রমহসভা অসিগি সভাপতি ওইবম্বনি। চষ্টী নৌবিব, কবিসু খঙ্জদ্রিব অঙাং অম সিবদবু থোঙ্বিযান সৈনাস ধবম পীসিনদুন বেদগি নিযোম্ থুগাযনব হোৎনবিব অদুগি মবম্ ব্রমহসভাদ খঙ্হল্লনব অকক্নব নুমিৎ লেপ্তুন থোঙ্বিযা অমসুং মাগি পনচসিংদ খঙ্হল্লে। ওজা থোঙ্বিযা বামোন নৎতবনিনা ব্রমহসভাদ ৱা হেক্ ঙাঙ্ঙুব মতম্দ লৈপাক্-নিংথৌগি চৎনবী হৌনবী খঙদব তাহনগদৌবিব লৌ অদু ওজা থোঙ্বিয়ান হান্ন খঙ্দোক্খ্রবনি। মবম্ অদুন মাগি পনচাগি মনুংদ যাউব

মথৌনা লৈব বামোন সিবিগুবুমযুম মাধব সবম্বু নিংথিন তাক্পি তম্বীদুন ব্রমহসভা থেংননব পোবম্ পূম্নমক্ মাঙজৌনন সীন্দোক্নবম্মি ।

**পংকোৎ বিচার** – ইং ১৯২৩ গি লাংবন থাগি ৪ নি পান্ব ইবাই নুমিৎনি । পংকোৎ বিচাব তৌব নুমিৎনি । (চৈ: কুম্ লা ৫৯৯) মযামবুং অহন্গি মান্দোপত বামোন খূৎপুসু পন্চগি কাঙ্বুসু নাপাক্ নাপাক্ তান তিল্লবে । কবি থোক্অগব মহৈ মহৈ ব্রানৈ । থোঙ্বিয়ান নৌবিব অঙাংবু সৈনাস ধবম পীসিনবগি মবম্ হাযনব মযামবুং অহন্ সভাপতিন তাক্পিববদ, মাগি ভুংদ ওজা থোঙ্বিযান পাম্বোম্ তিংদুন লৈবদ মাকিলাইকিদ্রব ঐগা মাধব সবমন "ভকত প্রহলাদবু মসাগি চহী কযা সুব মতাংদ হবি যংখিবগে অদুগ ধ্রুবন মসাগি চহী কযা সুবদ হবিবু যংজখিবগে ' মপা মমা ওইবসিংন কবিসু খঙ্জদ্রিব অঙাংগি চিবব মতম্ অন্তকাল্ লাক্পদ হবি ফংজনব লমতাক্ লম্জিংবীববু তৌহৈদব কবমবা ' হাযন ব্রমহসভাদ ঐগা মাধব সবমন হংজখি । ব্রমহসভাগি ব্রামহোন পন্দিৎ অমৎত সিবি সবমগি বাহংসিং অদুগি পাওখুম্ পীব ঙম্নদ্রদুন তুমিন তুমিন লৈনখ্রবদ সাওনিংব পোক্অব মযাম্বুং অহন সভাপতিন তিংঙক্ মাঙক্নবিংঙ তানজাদ "থাযনগি গুবুসিংন চৎলক্প ধবম অদু চৎচবগে ।" হাযন ঐগা মাধব সবমন ভক্তি তাবক্পদ সভাপতিন অঙম্ব পূম্নমক্কি মমাঙ্দ যাবিদুন বা লোইসিন্বীখি । ওজা থোঙ্বিযাগি মবৌ লৈব কোচ থাংব ব্রাতা অদু নুমিৎ অদুগি ব্রম্হসভান মমুৎ তান খঙখিদে । অদুন মহৈ মহৈ থোক্নবক্প মতম্দ বামোন কাঙবুন মখোযন ব্রা ঙম্মে, পংকোৎন লাল্লে হাযজবে হাযন হবাওনখি অদুগ পন্চগি কাঙবুসু ব্রমহসভা মবোল্ থোক্প ঙমখিদবে থোঙ্বিযান জয ওইবে, মায পাক্এ হাযনা হবাও হবাওন হন্নবক্খি ।

থাযনগি গুবুসিংন হাযব ব্রাতা অসিদ ওজা থোঙ্বিযাগি ভাপপুদি গৌবাংগ মহাপ্রভুন লূচিংব গৌবিযসমপ্রদাযগি গৌবভকতসিং অমসুং

গুরুসিংবুনি । অদুগ বামোন্‌সিংন পুব ভাপপুন মনিপুরদ হান্‌নদগি চৎনরক্‌প বেদধরমগি বামোন্ গুরুসিংবু ওইন লৌথিবনি। ব্রমহসোভাদ থোঙ্বিয়ান জয় ওইরে হায়ব ঈথিল্ অদুগি অকন্‌ব সাফু মথং মথং পীনরক্তুন মমৈথংদদি থোঙ্বিয়াগি পন্‌চ ধরম অসি নোংম নোংমগি পাক্‌থোক্ চাওথোক্‌প অসুম্ অসুম্ হেন্‌গৎলক্তুন পংকোৎ মাংঙি হায়ন ইন্‌থোক্‌অমবদু অরেম্‌বদ তাখি। ঙসিদি মনিপুব অপূম্‌ব পংকোৎ ঙাক্ত ঙায়রে হায়ব য়ারবনি । অদুবু ফজনবনি হায়জিন্‌দুন লৈবাক্‌কি লৈত লায়রবগি মরম্‌দ থোইন খন্‌থনব তৌদন অরৈব খরন হাপচিন তোপসিল্‌লক্‌পদ ঙসিদি পন্‌চগি অসেংব সক্তম্‌সু মাঙধবক্‌পগ লোয়নন ধরম সিংজু তারে। ফিভম্ অসিদ মতৌসাগি ওইব তসেং তসেংব অচুম্‌বব্ব পাম্‌জব লাইরিক্ লাইসু হৈরব নহারোলসিংগ ভাপন পঙসা সাগৎপ সাগৎপীদ থাজব অহল্‌লোন্‌সিংগ অনীগি মরক্ত চৎলিব লৈক্রক নোংম নোংমগি অসুম্ অসুম্ লাউব হেনগৎলক্‌পনি । সমন হায়রবদ ওজা থোঙ্বিয়াগি পন্‌চ ধবমদি লৈত-লাযরবগি চৈঙাক্-চৈসৌ পীব, য়াম্‌ন সমব অমসুং চম্‌ব জগৎ অপূম্‌বন য়াব ধরম "সৈনাস" হায়ব ধরম অসিনি। মদুসু করম্‌ব মতম্‌দ লৌগদগে হায়বদ আতুর সৈনাস সিরম্‌দাইদ লৌব সৈনাস অসিনি । করিগিদমক্তনো হায়রবদি লৈহৌরিবসিংগি ব্রাদনবসু অমনি। বেদ ধরম সমদৎপদি সৈনাস ধরমতন ঙম্‌মি ।

বেদগি মতাংদ গীতান অসুম্‌ন হায়রি– "যামিমাং পুষ্পিতাং বাচং প্রবদন্ত্যবিপশ্চিতঃ । বেদবাদরতা ঃ পার্থ নানৎদস্তীতিবাদিনঃ ।। " (গীতা ২/৪২). আরথদি স্বরগ ফংব নৎতন অতৈ লৈতে, অদুন স্বরগ ফংনব বেদগি করম তৌনব হায়বদ ব্রাখল্ বিচার লিংদবসিংন থাজরিব অদুগুম্‌ব বেদগি ব্রাতাসিংদো করিসু নৎতনি লৈসি লৈথোন্‌ব সাগৎব্রা ঙাক্তনি। অসিনি। মসিমক্তি বেদান্তগি মোৎনি খেৎপ য়াদ্রব ।

বেদান্ত হায়বদি বেদগি ঙম্খৈ হায়ব নৎতবনি। বেদগি লৈসি-লৈথোন্ব পাখোং ব্রারী ব্রায়াম্ অদুবু কুপন নৈনদুন হন্ন হন্ন খৈদোক্অব মতুংদ ইরোই লোইবদ ফংব ব্রা-মচং অদুবু হায়বনি। গৌরিয় সমপ্রদায়গি সৈনাস ধরম অসিদি বেদান্তন য়াব ধরম ওইব মরম্ন ব্রমহসোভান ওজা থোঙ্বিয়াগি ঈহৌ অদুবু নমধব ঙম্খিদবনি। অতোপ্প মায়কৈ অমরোম্দন অরিব বেদগি পথাপ পরিং ইন্নব লাক্নবদ মচাক্ মরল তাক্নরব ব্রাঙাংদব কয়ান ওজা থোঙ্বিয়গি পন্চদ তপন তপন চঙ্সিন্রক্খিবনি।

পন্চগি মনুংচনব কনাগুম্বগি ইমুংদ লৈতব (সিব) য়াউরকপ মতম্দ সৈনাস ধরম পীদূন বেদগি ব্রাংমদ ১৪ নিদ নৎত্রগ মসা ভূম্মব মতুংদ হরিসংকীরতন লোয়নদুন লাইরিক্ মতেক্ অমতং তাব অদুন সরাধ করম হায়বদু ওইববনি হাযব ওজাগি মোৎ অসি "চৈতন্যচরিতামৃতগি অন্তলিলাগি" ১২ সুব পারাদ য়াউরিব হরিদাসন লৈখিদবদ গৌরাংগ মহাপ্রভুন তৌখিবনি হায়ন ইবিব ব্রাখুন অদোম্দগি লৌখৎলম্ব সোয়দন ওইগনি।

ব্রাখুন্দি— গৌরভক্ত হরিদাসকি হৌরক্ফম মুসলমান্নি হায়নৈ। কনাগুম্বন মুসল্মান মচা নৎতে, মুসল্মান্ন য়োক্পনি হায়নবসু লৈ। মুসল্মান্লোম্দগি হৌরক্প হায়ব অসিমদি ঈয়া য়ানরিব ব্রাফম্নি। অদুবু গৌরাংগ মহাপ্রভুন লিংখৎপ গৌরিয় সমপ্রদায়দ চঙ্ঙক্পদগিদি মাবু হরিদাস হায়ব অনৌব মমিং অসিদ গৌরভক্ত পূম্নমক্ন খঙ্নখি। লোয়ন লোয়নন হরিদাস অসি **নামৃগি মগুন্ কুপ্ন খঙ্ব** অখঙ্ব অম ওইখি। মরম্ অসিন নাম্ সোন্বতন মাগি নুংঙাইজব হায়বদু ওইদুন পুন্সি লেন্খি। প্রভুসু হরিদাসকি সেংলব থমোয় অদু খঙ্বিদুন মতম্ পূম্নমক্ত লুন চান্ন তৌজব ভক্ত অমনি। মতম্ন য়ারক্ত্রবদ নোংমদি হরিদাসন সিরিক্রিস্নচৈতৈন হায়ন লৈয়েংদ সোলল্মমগ অরোইব সোর

হোন্‌দোক্‌অম্‌মি । মতম্ অদুদ মফম্ অদুদ তিল্‌লব গৌবভক্‌তসিংন "হবেকৃষ্ণ" সোনদুন পূম্‌নিন্ নিল্‌লব মতম্ অদুদ মহাপ্রভুন থৱায যাউদ্রব হবিদাসকি হকচাংবু কোন্‌খৎলগ প্রেম্‌দ খাউদুন ভক্‌তসিংগ লোযনন জগোয সাখি । ঈসৈ সক্‌খি । অদুগ থৱায যাউদ্রব হবিদাসকি হকচাং অদুবু কাইদ (কূদ) হাপ্‌পগ হবি সংকীবতন তৌদুন ঈসৈ সক্‌তুন জগোয সাদুন সমুদ্র মপান তান্‌ন পুবক্‌অগ প্রভুন হবিদাসকি হক্‌চাং অদুবু ঈবুমাযতাবিবে, চনদোন্ থিন্‌বিবে, সিবিজগনাথকি সেংলব নিবমল ফিমলবু সেৎচিন্‌বিবগ মহাপ্রভুগি খুৎমক্‌ন লৈংখাই খোৎতোকতুন কোম অম সেম্‌মগ হবিদাসকি হক্‌চাংবু নিংথিন ন্যংসিন কোম্ অদুগি মনুংদ থম্‌মগ মথক্‌ত গৌবভক্‌ত মযাম্ চঙ্‌দুন লৈখোই অমুক খোৎচিন্‌দুনা লৈতোঙ্ অমগি মতৌগুম্ সেম্‌মগ অকোযবদ্ সৈন খাজিল্‌লগ মদুবু যেৎওইনন কোযদুন সংকীবতন তৌখি, জগোয সাখি । অদুগি মতুংদ ভক্‌ত পূম্‌নমক্ সমুদ্রদ কুম্‌থদুন কোক্‌লু তুম্‌দুন ঈবুমাযথজবগ সিবিজগনাথগি সিংহদ্বাববোম্‌দ মঠৈ মঠৈ হন্‌নবর্কাখি । খুদক্ অদুদ প্রভুন পোৎযোন্‌বসিংগি মনাক্‌ত চঙদুন ফিজি তিংথোকতুন হবিদাস থাকুবগি মহুৎত সিবি ক্রিস্নগি পেন্‌নব মহোৎসোপ্‌কিদমক্ প্রসাদি নিবিবনি, ঐঙোন্‌দ ভিখা হাপ্‌পু হাযব তাবদ পোৎযোন্‌বসিংন মাগ মাগি লুক্‌মায থাংওক্‌তুন অখাক্‌প লৈতন ভিখা হাপ্‌কে তৌববু স্ববুপ গোসাযন খামদুনা প্রভুবু গম্ভীবা মন্‌দিবদ পোৎথাহল্‌লগ, বৈস্নোপ মবিগ লোযনন অচৌব থুমোক্ মবিগ থম্‌মগ পোৎযোন্‌বসিং অদুবু মান মান যোল্‌লিব পোৎকি মথা অমমমদং ঐঙোন্‌দ পীযু হাযব মতুংইন্‌ন ভিখা পীববদ বৈস্নোপ মবি অদুন ভিখা অদু মকোক্ থোংদুনা পুবকএ, বানিনাথ পতনাযক্‌নসু প্রসাদি পুবক্‌ই । কাসিমিস্রনসু প্রসাদি যাম্‌ন থাবক্‌তুন বৈস্নোপ পূম্‌নমক্ পবেং সান ফম্‌হল্‌লগ মহাপ্রভু মসামক্ যাউন স্ববুপ, জগদানন্দন, কাসিসোব, সংকবনচিংব মযাম্ চঙ্‌দুন প্রসাদি যেন্‌বদ প্রভুন চাব তৌদ্রিঙৈদ কনা

অমৎতসু চাব ঙম্লদ্রে। প্রভুদি নুমিৎ অদো কাসিমিস্রগি বাবতোন্ লৈবনি। মতম্ অদুদ কাসিমিস্রগি প্রসাদি পুদ্দন লাক্অবদ প্রভুন চাব তৌবগ লোযনন খ্বায পূম্নমক্সু চাবম্মি। চাব লোইববদ, পূম্নমক্ আচম্মোন্ তৌনবব মতুংদ প্রভুনা খ্বায পূম্নমক্ত বোব পীবদুন "জয হবিদাস" হাযন হবিধোনি তৌবো হাযন তাক্পিব মতুংইনন হবিধোনি তৌদুনা গৌবভক্ত হবিদাসকি মথৌ মঙল্ লোইসিন্খি।

অতোপ্পা নাম্বুন্ অমন নোবোত্তোম্ থাকুব লৈখিদব মতমদ মুর্শিদবাদত পোৎলোইশিনব সীঙ সেমখিবাগ ব্রাকম্ অম লৈব অদুন মৈমাংদন পোৎলোইব অসিগী গৌবিযসম্প্রদাযদসু অদম চৎনবকই হাযবসি খোঙ্গুম অদম ত্রাব

সিবগ শাস্ত্র গৌ।, শেত্রোব সোনব, কিবা থাংব, সোবাৎত চন্দ্রব অদুগিমক্তনিগকা শার্ফিজন্দুনা মনল্ যাম্মব পোৎচৈ মযাম্ হপ্তুন সোংব নদগি সোবাৎ মপোন্ ওজা থোঙ্বিযান সুকযা যামদ্রেবনি। অদুদাগী হনদোক্তুনা অদুগুম্ব সোবাৎত অসিবগিদমক্ত শাপ অসিবাগ মবল্ চোব বামানসিংগি মখুৎ চাদব হাযব নিযোম্ অসি পন্চেদ কন্না চৎনবম্মি। মবম্ অসিন বেদাগ মতুংইন্না তৌব লৈখিদবগি শন্ওন ফীবোয চাক্ চাব পন্চেদ চৎনবম্দে। সৈনাস ধবম লৌখ্রব হাযবসে বেদগি বাংমদ লৈববান, বৈবাইগ হাযবদি অপাম্ব লৈতব হাযব ফিভম অদুদ লৈখ্রবনি। বেদাগ সীপুন্দগি পূম্নান্ নান্থোক্খ্রবনি, পূম্নমক্ত ব্রহ্মগি মতৌগুম্ মনিঙ্ তমখ্রবনি। অদুগুম্ব সৈনাসি অদুবু কবিগিদমক্ত অযা-অপুন্তন সম্বল্ খাব, মহৈতবু পাম্বদাগি বেদগি বোন্দি ওইদুন লৈব তাব অদুগুম্ব বেদগি পবিকোব মনুংদ অমুক্ হন্না পুসিনদুন বোন্দি তৌফম্ থোক্পনো হাযব ভাপ অসি ওজা থোঙ্বিযাগি মযেক্ সেংঙব বাখল্লোন্নি। মবম্ অসিন সৈনাস ওইখ্রব লম্বোইখ্রবসিংগিদি মংগাবক্পদ সিবিক্রিম্নগি পেন্নবগিদমক্ত লাইবিক্ তাবিব অদুন সিবগি

করম হায়বদু পূম্‌লোই লোইরবনি হায়বসি ওজা থোঙ্‌বিয়ান লুচিংব পন্‌চগি ধরম ওইরম্‌বনি। করিগুম্‌ব কনাগুম্‌বন মসাগি পেন্‌জনব খর চাওন সোরাৎ সোনগে হায়রগন বেদগি ব্রাংন লান্‌থোক্‌অগ ১৪ নিদ সোন্‌ব অদুসু মহৈ নিব বেদগি সোরাৎ মসোন্‌ ওইরোইদবনি, সূপনগি সিরিক্রিস্নগি পেন্‌নবগিদমক্ত হরিসংকীরতন্‌ তৌবখক্তন মরুওইব থৌ ওইগদবনি। অসিগুম্‌ব সৈনাস ধরম লৌখ্রবসিংগি সোরাৎতদি ময়োল্‌দ থারিব মন্ত্রিপূজা হায়রগ খঙ্‌নব অদুন মান্‌দোপ মপু- সংকীরতন্‌ মপুগকা হায়নরিব পূম্‌নমক্‌ পূম্‌সুপ সূপ্‌পবনি। মবম্‌দি সংকীরতন্‌গি মপুদি সিরিগৌরাংগ মহাপ্রভুনি হায়ন গৌরিয়সমপ্রদায়ন লৌব্রি। অদুন সংকীরতন অম হৌব মতম্‌দ "লেঙ্‌সিনবিয়ু গৌরাংগচানদ সংকীরতনগি ময়ায়দ"অসুম্‌ন অবাহোন্‌ তৌব অসিদ লোইন সূপখ্রবনি।

ওজা থোঙ্‌বিয়া (থোঙ্‌বম্‌ যুমজাও) গি অহান্‌ব লৈফম্‌দি ইংরেজ সাহেপসিংগি মতম্‌দন সূতো(সোতো) সাহেপ্‌কি বাংগলা ওইরম্‌ব হৌজিক্‌ন চিফ মিনিস্তবগি লৈফম্‌ ওইরিব বাবু পবাগি মফম্‌ অসিদনি হায়ব অহল্‌লম্‌নসিংদগি খঙ্‌ঙে। ব্রিতিসন মনিপুর লৌসিন্‌ব মতুং ইকুই কুইদন মখোয়গি মকোন্‌ তাউন সেম্‌গৎলক্‌প মতাংদ লৌসিন্‌খিব ওজা থোঙ্‌বিয়াগি ওইবম্‌ব লমনি হায়রি। অদুবু ওজা থোঙ্‌বিয়াগি পোক্‌প অমসুং লৈখিদবগি তাংদাংব কুমসীঙ্‌ অমসুং থাবান্‌দি খঙ্‌ব ঙম্‌দব ফিভম্‌দ লৈরে। অদুবু চৈথাবোল কুম্‌বাবগি লা ৫৯৯ দ "লাংবন থাগি ৪ নি ঈবাইদ পংকোৎবিচার" হায়ব অম চন্‌সিন্‌দুন থম্‌বীরম্‌ব অসিদগি চাওবাক্‌প মতম্‌ পুথোক্‌পদ চেন্‌ব য়াদ্রব লংলা লংজিন্‌ অমদি ওইরে। ওজাগ সম্‌নহৌব হৌজিক্‌ হৌজিক্‌মক্তি অহল্‌ ওইরদুন অকাও পঁরে চল্‌লব অহল্‌ কয়াগ ব্রাবী সানব মতম্‌দ ওজা থোঙ্‌বিয়ান ব্রমহসভাদ পংকোৎ বিচার থেংনব মতম্‌ অদু মসাগি চহী ৭০ রোম সুব মতম্‌নি হায়বসি অহল্‌ অয়াম্‌বন তাক্‌পি। হায়রিব পংকোৎ বিচার অসিদি সকাব্দ

১৮৪৫ গি লাংবন থাগি ৪ নি পান্‌ব ঈবাইদ তৌরি হায়বনিন ইং ১৯২৩ গি আগস্ত হায়ব থা অদুদ তারে। ইং ১৯২৩ দা চহী ৭০ সুরবদি ইং ১৮৫৩ দা পোক্‌প তারে। মতম্ অদুমক্তি ব্রিতিসকি মখা পোন্‌দ্রিব নিঙ্‌তম্‌ব মনিপুর ওইরিঙৈগি মতম্‌দ পোক্‌প ওজা থোঙ্‌বিয়া ওইফম্ থোকএ। ব্রিতিসন মনিপুব লৌসিন্‌খিবসি ইং ১৮৯১ দনি হায়রিবনিন, মতম অদুদ ওজাগি মসাগি চহী ৩৮ বোম্ সুরম্‌ব তাই। নিঙ্‌খা তম্‌ব পুন্‌সিদ চহী ৩৮ চুপন লৈরক্‌পগি হৈনবী থৌনা ফৃদোক্‌পদ পংকোৎ ৱাথোক্ মহে য়ানখিবনি হায়নিঙঙি। মায় পাক্‌খ্রব পংকোৎ বিচার অদুগি মতুংদ ওজা অসি চহী ১৫ রোম লৈরম্মগ লৈখিদবনি হায়বনিনা ওজাগি মসাগি চহী ৮৫ রোম্ সুবদ হায়বদি ইং ১৯৩৮ দ মসান পাম্‌জখিব মসান সেমগৎচব সৈনাস ধরমদ লম্‌বোইদুন মসান সেম্‌গৎচরম্‌ব পন্‌চ-পবিবার পূম্‌নমক্‌পু থাদোক্‌অম্‌দুন মসান য়াৎচরম্‌ব লম্‌বীদ চৎখিবনি হাযন লৌব তাই।

ওজা থোঙ্‌বিয়া বাবুপরাদগি থোংজু হাযব খুল অসিগি ময়ায খায়ন চেন্‌ব তুবেল্ অমন্‌বীগি নোংপোক্‌থংব তোরবান্‌দ অনৌব ইংখোল্ সেম্‌দুন লৈরম্‌বনি। হায়রিব মফম্ তোরবান্ অসিদ চাওব চাওরব হৈনজোম্ পাম্‌বী কয়ান অচৌব মানদোপকি মখোঙ্‌গুম্ হৌহন্‌দুন উমংগি মান্‌দোপকুম্ ফজন সেম্‌গৎপ মফম অম লৈরম্মি; থোঙ্‌বম্ বোন্ হায়ন মমিং চৎলম্মি। হায়রিব বোন্ উমং অসিদ ওজা থোঙ্‌বিয়ান তাকপি তম্‌বীদুন মাগি মরুপ মপাংসিং অমসুং পরুৱানসিংন মতম্ মতম্‌গি ওইন কাজিলিলা, গৌরলিলা উদুখোন্‌নচিংব লিলা কয়া পুথোক্‌তুন খ্বায় মীয়াম্‌গি নুংঙাইনব কুম্‌মৈ ওইন পুথোক্‌পত নৎতন গৌরিয় ধরমগি মরম্‌দ খ্বায় মীয়াম্‌বু মমুৎ তান খঙ্‌হন্‌নবসু হোৎনরম্মি।

ওজা থোঙ্‌বিয়াগ মোৎ মান্‌নজব মতম্ অদুগি অহল্‌সিংদি অসেম্ ওজা (চাওব) লাইরিক্ হায়বনি, তেন্‌সুবম্ ওজা (চাওতোন্) ঈসৈ

হন্‌বনি, সগোল্‌সেম্ ওজা (অমু) দুহারনি, নামৈরাক্‌পম্ ওজা (থোঙ্‌নেম্) দুহারনি, অসেম্ ঈপু কৈরুবুংব ৱারী লীবনি, হুইদ্রোম্ গোপাল্ লাইয়েক্‌পনি, ওইনাম্ থম্‌বৌ বৈষ্ণোপ, বৈষ্ণোপকি সদাচারদ চপ চান হুক্‌প্রব অহন্‌নি। অসিনচিংব মতিক্ মগুন্ লৈরব অহল্ কয়ামরুম্‌ন পুক্‌নিং লীচিং অমৎত ওইন পন্‌চগি যুম্‌বী ওইরম্‌বনি। হায়রিব ওজাসিং অসিনসু মাগি মাগি মণ্ডমদ মচা সেবোক্ কয়ামরুম্ সেমগৎতুন পন্‌চ সম্প্রদায়গি অৱাৎপ লৈতনব হোৎনরম্‌বনি। মদুগুম্‌বসিং অদুগি মহৈন পন্‌চসিংগি লৈকায়দ লুহোংব সোরাৎনচিংব থোরক্‌প মতম্‌দ মীগি লম্‌দগি মী নেক্‌প চৎনরম্‌দে; পালা মসীঙ্‌সু লৈকাই চাওব পিক্‌পগি মতুংইন্‌ন অদুম্ য়াম্‌নরম্‌বনি। অদুবু সেলদি কয়া তিংদে, সেল থানরম্‌দে। মৈতৈলং খুঁদে অমমম্‌দং য়ান্‌ব, ক্বা তাঙ্‌গ অমমম্‌গ দখিনা পৈসা ৪/৪ অদুন লোইরে। অদুন পালা ১৬ খক লেপ্‌পদ, পূণ্ডয়ৈব থারগ, দখিনা লুপা অমখক্‌তনি। মরম্‌দি মতম্ অদুগি চৎনবীদ পৈসা মরিন অনা অমা, অনা ১৬ ন লুপা অম সানরম্‌মি।

হায়রিব মতম্ অসি মনিপুরগি অপূন্‌ব মীসীঙ্ লাখ তরেৎ য়ৌদব মতম্‌নি। খুল্ খূদিঙ্‌দ মী কয়া কুঙ্‌ন তানরম্‌দব মতম্‌নি। য়ুম অমগ য়ুম্ অমগ তাম্‌ন তাম্‌ন তানবম্‌বনি। উমং ৱামংন সুক্‌অব লৈকাইগি লৈরক্‌সিংসু অদুম্ সুক্‌অম্‌বনি। লম্‌লক্‌কি সা য়োং লমহুই কৈসালনচিংব কয়া খুল্‌লক্‌ত হেক্ হেক্ চঙ্‌ঙক্‌তুন হুইনাও চেন্‌খিব, চাখুম্‌দগি চফু উয়াল্ চেন্‌খিব, অপান্‌ব উঁহে ৱাহৈ চাথোক্‌খিব অসিনচিংব তোয়ন থোক্‌প থৌদোক্‌নি। সম্‌ন হায়রবদ লম্‌গি সাসিংগ মীগ চয়েৎনদুন লৈনব মতম্‌নি। মরম্ অসিন কনাগুম্‌বন খুল্ হোংঙক্‌তুন লৈকাই অমদ লৈগে হায়রবদি ময়াম্ চঙ্‌দুন উ-ৱা খায়নদুন ময়ুম্মকে সাবিবফাউব তৌনরম্‌মি। মী কুঙ্‌ন তাব পম্‌নরম্‌বনি। মতম অদুদদি নুপা য়ুম্‌বুরেন্‌সিংন নুংদাংগি চাব-থকপ লোইরগ চিন্-খা তেংব মপান্‌দ থোক্‌প মতম্‌দ

মখোল্ হৌন খৌদেম্ব, তাম্ন তাম্ন লৈনরিব য়ুমথংনবসিংদ চাক চারবরা করি চারি, করি বাৎলি অসিনচিংব হংনদুন মখোল্ হৌন ঙাঙ্নব চৎনরম্মি। খর মতু মমান স্রোন্ন লৈব ইমুং ওইরগন কিগনু কিগনু, ঐ লৈ, হেক্ত লাওরকউ অসিনচিংব হায়দুন থমোয় চাওখৎনব, লাওব, খৌদেম্ব চৎনরম্বনি। অহিং মিকপ থোক্তুন মপান্ থোক্প মতমদ্বসু রাধে, রাধেসাম লাওব চৎনরম্বনি- কিন্দনবনি। মতৌ অসুম্ন অমগ অমগ খুদক্ খুদক্ত তেংবাং পীনবগি ব্রাখললোন্ অসি য়াম্ন ব্রাংন লৈনরম্মি।

তোয়ন উনব, তোয়ন তিন্নব, তোয়ন ফম্মিন্নদুন ব্রারী ব্রাতাই সামিন্নব হায়ব অসিন চান্ন চিন্নন অমসুং নুংসিনন লৈমিন্ননবগি ফজরব পার্মবৈনি হায়ব ব্রাখললোন্ অসিদ ওজা থোঙ্বিয়াগি লম্তাক্ লমজিং মখাদ থা খৃদিংগি নিনমাং অমসুং নিনদুং ১১ নি পানব অমসুং কোনব খৃদিংগি হায়বদি একাদসি তাব নুমিৎ নুমিৎ অদুদ অয়ুক্কি চরা অমমম্দং হেন্দুন নুপী অঙাং হুপ্ন লাইরিক্ তাব চৎনরম্মি। মদুগিদমক্ত হায়দুন লৈকাই লৈকাইগি কনাগুম্ব অরৈবসিংন সংগোয় চাওন সাদুন কা মচা অম নপ্পগ চিত্ত্রবোৎ হায়বদি অয়েক্প লাই লাৎপ চৎনরম্মি। অদুগুম্ব মফম্সিং অদু পন্চগি হেক হেক তিন্নফম্— সাধুসংগ তৌফম্ ওইনরম্বনি। একাদসি লাইরিক্ তাবদ অঙাংফাউব বালভুক চানবগি ব্রাখলদ লাক্নরম্মি। লাইরিক্ থীবদি ঈসৈ সৈহেক্ হৈব মখোল্ নুংসিবন থীনৈ, সনজ য়াউন ময়েক্সিং অদু পাবতনি। অদুগ লাইরিক্ হায়ব অদুদি তৌগদৌরিব লাইরিক্ অদুগি নুংলোন্ পান্লোন্ নিংথিন মমুৎ তান খঙ্ঙব ওজাসিংতন হাংনরম্মি/তৌনরম্মি।

লাইরিক্ হায়ব হায়ব থৌ অসি ধরম অম সন্দোক্নব হোৎনবদ য়াম্ন মরুওইব থৌ অমনি। মরম্ অদুন গৌরিয় ধরম সন্দোক্নব হোৎনরক্প মতম্দ সন্দোক্কদৌরিব ধরম অসিগি পানগি লোনচৎ অমসুং নুংগি লোন্চৎক লোয়নন সন্দোক্প লাক্নরিব লুপ অদুগি চৎনবী

পথাপ মমুৎ তান খঙ্ব ওজাসিংতন লাইবিক্ হায়ব তৌনবম্বনি। লাইবিক্ হাযব মতম্দ লুপ্কি নৎত্রগ সংসথান অদুগি অপাম্ব মচুদ খব খব লৈসিন্নব হাযব অসিদি মসান তাব ব্রাফম্নি। মদুগিদমক্ লাইবিক্ তাব হায়ব নিযোম্ অসি হৌদোক্পনি। অখঙ্ব ওজাসিং লৈবিঙৈগী মতম্দদি পন্চগি ব্রাখল্লোন্ মবা চেৎলম্বনি। পন্চন যাদব বেদধবম্বু চৎনহন্ব পাম্ব, পন্চগি সৈনাস ধবমবুসু নমধব পাম্ব বামোন্সিংগি মখুৎত লাইবিক তৌবগি থৌ অসি তপন তপন চঙ্সিনখিব অদুন গৌবিয় ধবমগি মযেং তাথবক্নব মবম্ অম ওইখিবনি। বামোন্ অমৎতন ভক্তিগ মবী থাঙ্নব চৈতৈনচবিতাম্রিতগুম্ব লাইবিক্ তৌব থেংনদে। মখোযগিদি বেদগ মবী থাংনব ব্রাবী মবুওইন গীতানি। গীতাগি নুংগি ওইব তৎত্বদি গৌবিয সমপ্রদাযনসু প্রিথীবীগি ধবমগি লুপ অযাম্বনসু য়ানবিব ব্রাফম্ ঙাক্তনি। অদুবু বেদগি সংস্কাব নিংথিন লৈতব খুল্লক্কি ঐগাসিংন দোসাহোনগি অসিবগি কবিগুম্ব দিন অমদ নোংম ফাদোক্ গীতা তৌবদ হললিব আবথ মহল্সিং থেংনবুবদ তৌবিবসিবু ধবমগি লাইবিক্লনে হাযব যৌন নুংঙাইতব য়াউব্রি। অদুবু লাইবিক্ তাবিব ভাবোর্ক্সিংনদি দন্দবৎ তা তাদুন লুপা মঙা তবান খুজিং ওইদুন নোং চুথবগুম্ হৈধব উবুবদ ঐন খঙ্জবম্বন লাল্লমাল্লে, ঐগান হন্ব আবথসিং অদুন লৈবাক্ন যাব আবথ ওইবমাল্লে খন্দুন লৈথোক্চব থেংখাং কযা হৌখ্রে। মদুগুম্ব অদুন মবম্ ওইব তাই সৈনাস ধবম লৌদুন লৈখিদ্রববু, অস্তিসু লৌখিদববু অস্তিমানবীগকা হায়দুন চৎনবিব, সোবাৎত সৈজাগকা হাযদুন বেদ চংলপ চংলপ তৌহল্লিব, কুম্ওন্ ফিবোয়গকা চৎনবিব মযাম্ অসি। পূম্নমক্ অসে কনাগুম্ব অমৎতগি মবাল্ নৎতে, ঐখোয ঐখোযন থোক্হন্ব ঐখোযগি য়াওল্নি হাযব তাই। ওজা থোঙ্বিযাগি ব্রাখল্লোন্ নৈনবদ বেদগি ব্রাফম্ তোয়ন পন্নৈ, খ্বায়ন ঙাংন সানব মতম্দসু বেদগি ব্রাফম্ অসি পঙ্পনদ পন্নৈ।

**বেদ (লাইনিংলোন্) :**

চহী ৩৫০০ বেম্‌গি মমাঙ্‌দ খ্বায়ন হৌজিক্ হায়নরিব "বেদ" হায়বসি লৈবম্‌দবনি। মতম্ অদুদ লৈরম্‌বদি "সনাতন ধরম" নি। মতম্ অদুদ সিন্‌ধু তুরেল্ মপান্‌দ তাব হিন্দু হায়ন খঙ্‌নব লৈবাক্‌মচাতাব কাঙ্‌বু অম লৈরম্‌মি। মখোয়ন সনাতন্ ধবম চংলম্‌মি। সনাতন্ ধরম হায়বসি কনান হৌদোক্‌অমবনো হায়ব লৈতে, মসান মতোম্‌ত পোপ-পোপ তাজব ধবমনি। জিব হাংতব, মীগি মপোং হুবান্দব, মীনম্ব ব্রা ঙাঙ্‌দব, মীগি নুপীদ মিংয়েং কাবল্ তৌদব, অমসুং ময়াই কাব পোং চা-থক্‌তব হায়ব নিতি মঙাখক্ অসি সনাতন্ ধরমগি ময়োল্‌নি। ধবম অসি চংনদুন মতম্ অদুগি হিন্দু সমাজন লৈবিং খুল্‌লিংদুন তঙ্‌দু লৈতান সান্তি ওইন নুংঙাইন পাল্‌লম্‌বনি। মতম্ অদুদ মখোয়ন লাংলম্ব লাইসিংদি প্রিথীমাতা, মমায় অহুম্ লোঙ্‌ব লাই সিব মহাদেব, সুরজদেব (স্বস্তিকা) অমসুং অগ্নিদেব অসিনচিংবনি। মতম্ অদুদ লাইরিক্ ইবগি চংনবী লৈবম্‌দে। লাইবিক্ ইবগি মহুংত মতম্ অদুগি অখঙ্-অহৈ ব্রাংউলোন্ সৃবসিংন লাইয়েক্ লাইখোং তৌবগ মদুদ থিন্ থিন্দুন ব্রাবী লীবীরম্‌বসিং অদু চিন্‌ফা পু-পুদুন মীবোল্ কয়া মথং মথং লাক্‌খিবনি। অদুগুম্ব লাইয়েক্ লাইখোংসিং অদুবু হৌজিক্‌কি মতম্‌দ হারাপা ময়েক্ হায়ন খঙ্‌নৈ।

খ্রিঃ মাঙঃ ১৫০০ বোম্‌গি মতম্ অদ্বাইদ খাথংব রুসিয়াগ তুরকিস্তান্‌গ তাইনব মফম্ অদ্বাইদগি থোরক্‌প ময়ুম্‌মকে লিংদব, কোয়চং চংপ লান্ পাম্ব আরজ হায়ন খঙ্‌নব কাঙ্‌বু অমন হিন্দুসিংগি মথক্‌ত লান্দাসিন্দুন হিন্দুগি হান্‌ন লৈজরম্ব সৈভতা থুগায়বিথিবগ লোয়নন চারোন্ মৌরোন্‌নবগি থাক্‌ফাউব চংথরম্‌বনি। মতুংদ মখোযন পন্‌জাপত খুন্‌থোক্‌খ্রব মতুং চহী ৫০০ রোম্ লৈরব মতুংদ মখোয়ন বেদ হায়বসি পুথোরক্‌খিবনি হায়বসি থিজিন্ হুম্‌জিন্‌ব কাঙ্‌বুন য়ানরিব ব্রাফম্‌নি।

মরম্ অসিন বেদ থোক্খিব মতম্ অসি চাওবাক্ন খ্রিঃ মাঙ্ ১,০০০ গি মতম্ অদ্বাইদ হায়বদি চহী ৩০০০ লোম্গি মমাঙ্গি মতম্ অদুদ তারে। মদুসু লাইরিক্ ময়েক্ ইব চৎনব হৈত্রিৱৈংগি মতম্নি। চিন্ফা পুনদুন মথং মথং সম্ধনহৌব বেদগি গিয়ান্ ঙাক্তনি। অদুবু গৌতম্ বুধন মতম্ অদুগি বেদগি অসোয়ব ময়াম্, জিব হাৎপ হিংসা তৌবদ অথিংব পীদব, মীগ মীগগি মরক্ত অসেংব অমাংব, অৱাংব অনেম্ব খায়দোক্তুন অৱাংব অসেংব জাতিনি হায়জব কাঙ্বুন অমাংবনি অনেম্ব জাতিনি হায়ব মীওই কাঙ্বুবু সা-সন্গুম্ তুহৎপিব, অসিনচিংব ধরমগি হৌন ঈচৎ হুক্তব বেদগি অসোয়ব ময়াম্ পুথোবক্পদ খ্রিঃ মাঙ্ঃ ৫০০ গি মতম্দ বেদ মরায় চায়থরক্খি। খ্রিঃ মাঙ্ঃ ৪০০ গি মতম্ অদ্বাইদ পানিনি অমসুং পরাসোরনচিংব আরজ রিসিসিংন মথোয়গি বেদ কন্নিংদুন কোক্ চুঙ্সিন্নরগ হান্নগি বেদবু নৌহৌন য়েংসিন্দুন মীগি ৱায়েৎ চঙ্ব য়াদনব পোরম্ সীন্নখি। মতম্ অদুদি লাইবিক্ মযেক্ ইবগি চৎনবী ফজন্ লৈরব মতম্নি। মতম্ অদুদ অহল্ ওইরব আরজ বিসি পরাসোরগি থোইদোক্-হেন্দোক্প লৌসিং লৈরব মচানুপা ক্রিস্নদৈপায়ন হায়ব অসিন হান্নদগি নৌহৌন সেম্দোক্অব বেদবু অমুক্ সরুক্ মরি থোক্ন খায়দোক্তুন লাইরিক্ ময়েক্ত তাব হৌখি। মবম্ অদুগিদমক্ মাবু বেদবিয়াস হায়ন খঙ্নখি। হায়রিব মরি অদুদি ১/ বিগবেদ (ঋগ), ২/ জজুরবেদ (যজু), ৩/ সাম্বেদ (সাম) অমসুং অথরববেদ (অথর্ব) অসিনি। অহান্বগি অহুম্ অসিবু ত্রয়ীবেদ হায়ন খঙ্নৈ। ত্রয়ীবেদবু অসেংব হায়বদি অমোৎপ পক্তব পবিত্র বেদনি হায়ন খঙ্নৈ। অদুগ ঈকোন্ কোন্ন পুঙ্খৎখিব মরিসুব অথরববেদ অসিবুদি পবিত্র বেদনি হায়দে।

বেদ খুদিঙ্মক্কি অহান্ব মনত্রগি সরুক্তি সমহিতা কৌবি। মথংদ ব্রম্হন (ব্রহ্মন) হায়বদি অকুপ্প কয়াগ মরী লৈনব তৎত্ব ময়াম্ হায়বনি। বেদ হৈনব হায়বদি খঙ্নব বেদাংগ তরুক্ লৈ। তরুক্ অসি খঙ্দ্রবদি

বেদ হৈব ঙম্দে হায়রি। হায়রিব তরুক্ অদুদি– ১/ সিকসা (শিক্ষা), ২/ সন্দ, ৩/ বিয়াকোরোন্ (ব্যাকরন), ৪/ নিরুক্ত (নিরুক্ত), ৫/ জোতিস (জ্যোতিষ) অমসুং ৬/ কল্প (কল্প) অসিনি।

১/ রিগবেদ– বিগ (ঋগ) হায়বদি কৌব হায়বনি। বিগবেদগি সিলোক্পু বিচু (ঋচু)– থাগৎপ সৈবেং হায়নসু খঙ্নৈ। অদুন ঋায়গি অহান্বমক্তদ লেংখিবনি হায়বিব রিগবেদ অসিদি লাইগি মতিক্ মগুন্ সীঙ্থাদুন কৌব সৈরেং ঙাক্তনি। খুদম্ খর মখাদ থম্জরি।

(ক) "আ নো ভদ্রাঃ ক্রতবো যন্তু বিশ্বত"– (ঋগবেদ– ১/৮৯/১) মায়কৈ পূম্নমক্তগি য়াইফ-ৱাখল্ লাক্সনু)

(খ) "ওম্ ভূঃ ওম্ ভুবঃ ওম্ স্বঃ ওম্ মহঃ ওম্ জন ওম্ তপঃ ওম্ সত্যম্ তৎসবিতুর্ববেন্যং ভর্গ দেবস্য ধীমহি ধিয়ো যো নঃ প্রচোদয়াৎ (জগৎকি হী-য়াই লাই খিবিক্ন ঐখোয়বু য়োক্পিয়ু) (ঋগবেদ– ৩/৬২/১০)

(গ) "এক এৱাগ্নির বহুধা সমিদ্ধ
এক সূর্যোঃ বিশ্বং অনুপ্রভূতঃ
এক ঊষা সর্ব্বং ইদং ৱিভাত্যেকং
ৱা ইদং ৱি ৱভূৱ সর্ব্বম্।" (ঋগবেদ– ৮/৫৮/২)
(মৈরি অমতংন মফম্ কয়া ঙাল্লি,
নুমিৎ অমতংন মালেম্'পূম্ব ঙাল্লি,
চীঙ্খৈদং হুন্দ মফম্ সীন্ন ঙাল্লি
পূম্নমক্সে মা মথন্তন ওইবনি।)

২/যজুরবেদ – রিগবেদগি হেক্ মথৎদ অনীসুবদ লেংখিব যজুরবেদনি। মসিসু পবিত্র বেদনি। যজ-দগি যজু লাক্পনি, আরথদি জৈগ (যজ্ঞ) তৌব হায়বদি সরেন্ চন্ব হায়বনি। অসমেধ (অশ্বমেধ),

গোমেধ, নবমেধনচিংব জৈগ (যজ্ঞ) পূম্‌নমক্ অসি যজুরবেদগি পথাপ পরিংদ তৌনব ঙাক্তনি। মী সিব্দ মৈ থাব, পোবোক্ সোন্‌ব, সোরাং সোন্‌ব, ফমু-ফানুং , কোল্-লিক্ সৈজাগকা সেম্‌দুন প্রেতবু ভুতস্বরূপ ওইন থাজহন্‌দুন সোল্‌লিব সোরাং যজুরবেদগি পরিংদনি। সোল্‌লিব মনত্র অদুবু সূপন 'যজুস' হাযন খঙ্‌নবনি। খুদম্ খব মখাদ থম্‌জরি।

(ক) 'বিষ্ণুরোঁ তৎ সৎ অদ্য অমুক্ মাসে অমুক্ পক্ষে অমুক্ তিথৌ অমুক্ গোত্র প্রেত অমুক্‌দেবশর্ম্মনঃ এত্য সতিলউদকং তুভ্যম্ উপতিষ্ঠতাং।" (যজুববেদয পূবক্ পিণ্ডদান প্রযোগ)।

(পোবোক্ সোন্‌বদ পিন্‌দ দান পীনব যজুববেদগি মন্‌ত্রনি আরথদি– .... কৌব থা অসিগি .... পক্‌স অসিদ .... হাযব তিথি অসিদ ..... কৌব গোত্র অসিগি .... দেবসবম কৌবগি প্রেতগিদমক্‌ত হায়দুন নকনবদ থম্মিব (উপতিষ্ঠতাং) চাবয়াব (অদ্য) চেঙ্ থোযদিঙ্ ঈসিংনচিংব (সতিল উদকং) ময়াম্ অসিবু নঙ্‌গিদমক্‌ত হাযদুন (তুভ্যম) ওমতৎসৎ হাযব বিষ্ণুনাম্ অসি সোন্‌দুন কৎচবি।)

(খ) "ব্রতে দীক্ষাং আপ্নোতি
দীক্ষাপ্নোতি দক্ষিনাম।
দাক্ষিনা শ্রদ্ধাং আপ্নোতি
শ্রদ্ধয়া সত্যং আপ্যতে॥" (যজুরবেদ)
(কৎথোকঅগ লাইনিংলম্‌বী ফংঙি, লম্‌বী অদুদ চৎলগ থৌজাল্ ফংঙি, থৌজাল্‌দগি থাজব পোক্‌ই, থাজবদগি অচুম্‌ব ফংঙি।)

(গ) 'সিবেন বচসা ত্বা গিবিশাচ্ছা বদামসি
যথা নঃ সর্ব্বমিজ্জয়াদায়ক্ষ্ম সুমনা অসত
অধ্যবোচদধিবক্তা প্রথমো দৈব্যোভিষক

**অহিংশ্চ সর্ব্বাঞ্জম্ভয়ন্ত সর্ব্বশ্চ যাতুধান্যঃ ॥ (যজুরবেদ ৪/৫/১)**
(য়াইফ লাইসোল্ সক্‌তুন কৈলাসত লৈব নঙোন্দ থৌজান্‌বিয়ু হায়জরি, অহ্বা-অনা কোক্‌পিয়ু, নুংঙাই য়াইফ পীবিয়ু। লাইসিংবু ঙাকপিব হে মপুও ননাইসিংবু কন্‌বিয়ু। লাইহিংচাব লাইলিন্ পূম্‌নমক্‌পু মাঙহন্‌বিয়ু, ননাই ঐখোয়বু কন্‌বিয়ু।)

৩/ **সমবেদ** – সজুববেদগি হেক্ মথংদ অহুম্‌সুবদ লেংখিব সামবেদনি। সাম হায়বদি তেথহন্‌ব, তপথহন্‌ব, ইংধহন্‌ব, নাওথেম্‌ব অসিনচিংব ভাপ-পু খঙ্‌নৈ। সাম্‌গান্ তৌব হার্যনৈ, নাওথেম্ ঈসৈ সক্‌পনি। বেদ মবিগি মনুংদ সাম্‌বেদ অসি অহুম্‌সুব পবিত্র বেদনি হায়ন লৌনবনি। ঘোৎ লাৎপদসু (ঘটস্থাপন), পোবোক্ সোনবগি (পূরক্) পিন্দদান্ তৌবদসু, সান্তি (শান্তি) তৌবদসু সামবেদগি মনত্রসিং সীজিন্‌নৈ। সপিন্দ (সপিণ্ড) পীবদসু সমসোব (সম্বৎসব) ফিরোয়দসু সামগান সক্‌নৈ। খুদম্ খব মখাদা থমজবি।

(ক) "বিষ্ণুরোঁ তৎ সৎ অদ্যমুক্ অমুক্ পক্ষে অমুক্ তিথৌ অমুক্ গোত্রং প্রেতং অমুক্ দেবশর্ম্মাণং স তিলোদকেন তর্পয়ামি।" (সামাবেদীয় পূরক্ পিণ্ডদান্ প্রয়োগ- যজুরবেদগিদুগ হায়ফেৎ মান্‌নবনি। লোন্দাদ থোৎপ মেঙ্‌ব সাম্ বেদগি অসিন খর হেন্‌বনি।)

(খ) "ওঁ আনো মিত্রাবরুনা ঘৃতৈর্গব্যূতি মুজতং মধ্বাবাজাংসি শুক্রতুম্।" (সাম্ বেদগি মতুংইন্‌ন ঘোৎত ঈসিং হৈনব মনত্রনি, আবথদি হে ঈসিংগি নিংথৌ, ঈসায়ফু মনুংদ লেঙ্‌সিন্‌বিয়ু অমোৎপ'পূম্‌ব কোক্‌হন্‌বিয়ু য়েন্‌নৌ নানৌব পুন্‌সিনুংসাংব পীনবিয়ু হায়বনি)

(গ) "**দ্যৌঃ শান্তিরন্তরীক্ষং শান্তিঃ পৃথিবী শান্তিঃ আপঃ শান্তিঃ ঔষধয়ঃ শান্তিঃ বনস্পতয়ঃ শান্তিঃ বিশ্বেদেবঃ শান্তিঃ ব্ৰহ্মা শান্তিঃ সর্ব্ব শান্তিঃ**

শান্তিবেদ শান্তিঃ সা মা শান্তিবেধি ।।" (ওলাঙ্দব অতিয়া, ওলাঙ্দব মালেম্, ওলাঙ্দব ঈসিং, ওলাঙ্দব হিদাক, ওলাঙ্দব উমং, ওলাঙ্দব লাইযাম্, ওলাঙ্দব থব্বায, ওলাঙ্দব পূম্নমক্ ঐঙোন্দ চঙ্ঙক্প ওইসনু ।)

৪/ **অথরববেদ** – অথবব বেদ অসিদি ইকোন্ কোন্ন লেংব মবিসুব বেদনি । মসিমদি পবিত্র বেদসিংগি মনুং চন্দে । মবম্ অসিন অমাংব অপবিত্র বেদনি হাযন লৌনৈ । মৈ অমসুং সোম্ লাৎপ মীবু অথববন কৌব্রি । সোম্ হায়ব অসি থাযন তৌনবম্ব জৈগসিংদ (যজ্ঞ) চঙ্দব যাদব মচল অম ওইন যাউনবম্ব পাম্বী মখল্ অমনি । পাম্বী অসিগি মহী অদু দেবতাসিংন য়াম্ন পাম্ন থক্নবম্বগি ব্রাবী লৈবনি । হায়বিব অসি যু সুংনবগি হাঁমৈ সেম্বদ হাপ্নব মহী হেক্ হেক্ লৌব য়াংলি হাযন খঙ্নব উবী অদুনি হাযনৈ । সোম্গি অতোপ্প আবথ অমন অতিযাদ থোক্ইব থা অসিবুসু খঙ্নৈ । সোম্ পান্ তৌববু কালৈ থক্পনি হায়নৈ । অসিগুম্ব সোম্ অমসুং মৈবু ঈবাৎ পূজা তৌব মহাক্পু অথববন্ কৌব্রি । অথবব বৈদদ যাউবিবসিং অসি যেক্নব মাঙ্হন্নব সাপ তৌব, সংকলপ তৌব, সবী সোন্ব, সংকল্প তৌদুন মৈদ হোম্ তৌব অসিগুম্ব ঙাক্ত ওইন তৌবনি । লোয়নন অব্রাব, খুদোংথীব, পাপনচিংব কযাদগিসু ঙাক্পি কনবিনব হাযজব, লাইসোন্ তিনসোন্ তৌব কযামকম্সু যাউবি । যাদু মনত্র মহৈসিং অসি তৌবদ মৈ অমসুং সোম (যু) গি মতেং চঙ্ণি । হাযবিব মযাম্ অসি অথবব বেদগি মনুংচনব থৌ ঙাক্তনি । মবম্সিং অসিন অথবব বেদবু পবিত্র বেদগি মনুংচনদবনি । খুদম্ খব মখাদ থম্জবি ।

(ক) "স্বস্তি মাত্রে উ পিত্রে নো অস্তু
স্বস্তি গোভযো জগতে পকষেডযঃ
বিশ্বং সুভূতং সুবিদত্রং নো অস্তু
জ্যোগেব দৃশেম সূর্যম" (অথবব বেদ)

(ঈমা ঈপাগি যাইফব ওইসনু, সন্বীসিংগি য়াইফব ওইসনু, মী পূম্নমক্কি মালেম্পূম্বগি যাইফব ওইসনু, মীওইব ঐখোয পূম্নমক্ য়াইফ লৌসিং সিংদুন নুংঙাইমিন্নব ওইসনু, থোক্ইব নুমিৎ অসিবু মতম্ সাংন উজদুন লৈঙম্ব ওইসনু)

(খ) "ওঁ নমো ভগবতে রুদ্রায মাবয নমঃ স্বহা।"
(যেক্নব হাৎনব মনত্রনি, সিব মহাদেবগি হন্থব সক্লোন্ তবামাথোইগি মকোক্ অদুবু রুদ্রঃ কৌরি। রুদ্র হাযবদি অকি-অখং তম্নলাই হাযবনি)

(গ) "ওঁ নমো অগ্নিরূপাব মম শবীবে স্তম্ভনং কুরু কুরু স্বাহা"
(মৈ মনুংদ লৈবদ মৈন চাকতনব অগ্নিস্তম্ভ মনত্রনি)।

মতৌ অসুম্ন মবি থোক্ন খাযদোক্খ্রব বেদসিং অসি ক্রিস্নাদৈপাযন-ন (বিয়াস-ন) মাগি মবুওইব পবুরান পৈল, বৈসম্পাযন, জৈমিনি অমসুং সুমন্ত হাযবিব সিসসিং অসিদ তম্বিখিবনি হাযবি।

বেদগি মতাংদ বৈসম্পাযনগ মাগি সেবোক্ জৈগবলক্গ খৎনখিবগি নুঙাইরব রাবী অমা লৈ। নোংম সুমেবুদ বিসিমন্দল্গি সভা অম কৌবম্মি। সভা অদুদ লাক্তব বিসি অদু হাপ্তা অমগি মনুংদ ব্রমহহতিযাগি পাপ পুগনি হায়ন লাওথোক্অম্নি। রুবিগুম্ব মবম্ অমদগি বৈসমপাযনসি সভা অদু য়াউব ঙম্খিদে। মতুংদ রুবিগুম্ব থৌদোক্ অমদগি মহাক্ন মবম্ ওইদুন ব্রমহহতিযা (ব্রহ্মহত্যা) অম থোক্খি। মতম্ অদুদ মসাগি পাপ কোক্নবগিদমক্ প্রতিনিধি ওইন তপৈসা তৌনব মাগি সিসসিংদ যাথং পীখি। সিসসিং অদুন তপৈসা তৌব হৌখি। মতম্ অদুদ জৈগবলক লাক্তুন বৈসম্পাযনদ হায়খি। "ভগবন্! গুরুদেবগি সেবোক্সিং অসিদি মপাংগল সোল্লি, মতম্ সাংন তপৈসা তৌদুনসু মহে ফংব ঙম্বগি আসা লৈতে; য়াথং পীনবিযু ঐন অকন্ব তপৈসা তৌদুন গুরুদেবগি

পাপ কোক্হন্গে।" হায়রম্মি। জৈগবলককি চাওথোক্প ৱাঙাং অদু তাবদ সাওরব বৈসম্পায়ন্-ন "ব্রামহোন্বু তাথীরব নঙ্গুম্ব সিস ঐগি দরকার লৈতে। নঙ্ থুন চৎখ্রো, ঐঙোন্দগি তম্খিব বিদয়াসু থাদোক্লম্মো।" হায়রবদ চাওথোক্লব জৈগবলকসু য়াথং ফংবগ মান তম্খিব বেদবিদিয়া পূম্নমক্ খুদক্ত ওথোক্লম্মি হায়রি। অন্তুব ওইরব বেদগি ফিভম্ (দশা) অদু উবদ রিসিসিংন অমুক্ হন্ন লৌসিন্নিংববু মীওইবগি হকচাংন অওব চাবদি হৌনদবনিনা মখোযন তিৎতিব উচেক্ ওললগ বেদসিং অদু লৌসিন্খি হায়রি। মদুবু "কৃষ্ণযজুর্বেদ- তিত্তিরিয় সাখা" হায়ন খঙ্নদুন সিসসিংদ তম্বীখি হায়রি। অমরোম্দন জৈগবলকন বেদবিদিয়া থাদোক্খিব অদুদ নুংঙাইতদুন ৱান ৱাখল্ তৌরম্মি; কবি উপায তৌদুন কনাদগি বেদবিদিয়াগি সিক্সা (শিক্ষা) লৌসিগে খল্লম্মি। "নুমিৎন নোংপোক্ অতিযাদ বিগবেদগ লোযনন থোবক্ই, নুমিৎ যুংব মতম্দ যজুববেদ লৈবনি অমসুং নুংদাংৱাইবম্গি মতম্দ সামবেদদ লৈতেংবনি। নুমিৎন মতম্ অহুমক্ত বেদবু থাদোক্তে।" হায়ব সিলোক্ অম খঙ্নিং নিঙ্সিংঙক্তুন নুমিৎত বেদ তম্ব তারে হায়ন চপ য়ুংন লেপ্তুন মতম্ অহুমক্ত নুমিৎপু নিঙব হৌখি। পেন্বীবব নুমিৎন বাজি (সগোল) ওইদুন জৈগবলকদ বেদ তম্বীরে। নুমিৎতগি ফংঙক্প বেদ অদুবু "শুক্লযজুর্বেদ" হায়ন খঙ্নৈ।

মতৌ অসুম্ন আরজ রিসিসিংন বেদগি মচেৎ মচেৎ কয়া লেংনদুন মপূম্ ওইনব মপুঙ্ ফানব অতৎঅথম্ লৈতন হোৎনরম্বনি। মথক্কি ৱাবী মচা অসিমক্তদ মী অমন তৌখ্রব পাপ্পু কোক্নব প্রতিনিধিন তপৈসা তৌব, হৈখ্রব মহৈ বিদদিয়াবু ওথোক্পদ চিন্জাক্ চারুবগি অওব ওইন উৎপ, হৈখ্রব মহৈবু ওথোক্খ্রে, কাওখ্রে, লৈত্রেগকা হায়ব, রিসি হায়বদি মীন উচেক্ ওল্লিগকা হায়ব, অতিয়াদ থোক্ইব নুমিৎন সগোল্

ওইন লাক্অগ বেদ তম্বীগকা হায়ব হায়রিব তসেংন ওইথোক্প য়াব হৌনদব ময়াম্ অসি ঐখোয়গি ফুংগাব্বারীগুম্ব হৌদোংলম্বোইবগ পেবেৎকগি ব্বারীগুম্ব সাগৎব্বারী ঙাক্তনি। সাগৎব্বারী হায়বসিদি পঙ্‌সাদ সাগৎপ য়াই। অদুবু খঙ্‌জিন্গদবদি সাগৎব্বারীসিং অদুগি পার্মবৈ ওইন সীজিন্নরিব মচল্সিং অদুদি নৎতবনি; ব্বারীসিং অদুগি মনুংদ য়েপ্পিব নুংগি ওইব মরোল্ নুংলোন্ অদুনি। বেদগি সাগৎব্বারীসিংবু কুপন নৈনদুন নুংলোন্ পুথোক্নব হোৎনব অমসুং পুথোক্অব নুংলোন্বু বেদান্ত হায়ব ব্বানি।

**ব্বা লোইসিনব :**

সৈনাস্-লম্বোইব, বৈরাইগ ধরম হায়বসে প্রিথীবীদ লৈরিব ধরমগি লুপ পুম্নমক্ন য়াব লম্বীনি। খ্রিস্তান্ন সেন্ত (মোংক), মুসল্মান্ন ফকির, বুধ ধরমগিন ভিখু (ভিক্ষু) হিন্দুন সৈনাস, মৈতৈন লম্বোইব (লম্-পোইব/তাইবঙ্-চামব) হায়নব ব্বাতনি। খেন্নরিবসি লোন্দনি, ব্বাহৈদনি ব্বাখল্দদি নৎতবনি। জিব হাৎতব, মীগি মপোৎ লোন্ন লৌদব, মীনম্ব ব্বা ঙাঙ্‌দব, য়ুম্বান্বগি থবক্ থাদোক্প, ময়াই কাব পোৎ সীজিন্নদব, ব্বাঙাংব্বাতা থোৎ মেঙ্‌ব, ব্বাখল্ মিৎয়েং চুম্ব, জগৎকি ওইব ব্বাখল্দ পুক্নিং হুক্প, চম্ন পুন্সি লেন্ব, তৌথোরক্প থবক্ মতৌ চুম্ব, থৌনা ফৃদোক্ফম্ চুম্ব, পুক্নিং হুক্ফম্ চুম্ব, নিঙনফম্ অম নাইব, অসিনচিংবসিং অসি লমবোইব অমগি ওইফম্ থোক্প মগুন্নি। মরম্ অসিন গেরুব্বা ফিঙাং সেৎপ ঙাক্ন লম্বোইব সৈনাস ওইব নৎতে হায়ব অসিদি ময়াম্ন য়ানরিব ব্বাফম্নি। মসিদি পানগি ওইব চৎনবী হায়ব অদুনি, ফৎতে হায়বদি নৎতে। তৌবতবু লোকাচারনি, নোংখোঙ্ কোয়বগুম্বনি, চুম্থাং মখোঙ্ তানবগুম্বনি- ফৎঙোইদব ব্বানি। পুক্নিংনবু পাম্মবদি, মচৎ অদুম্নবু চৎলবদি মসান অদুম্ সৈনাস ওইজরবনি। অসিগুম্ব মনবৈরাইগ ওইরব মাগিদমক্তদি ফিজেৎ হোংব/বেস ওন্ব ভেক লৌব লৌদবগি খেন্নব

করিসু লৈফম্ থোক্‌ত্রবনি। পাইরক্‌কি ওইব দীকসাগুরু (দীক্ষাগুরু) অমগিদমক্ত চেন্‌নবগি দরকার লৈফম্ থোক্‌ত্রবনি। দীকসা হায়ব ৱাহৈ অসিগি তসেংব আরথদি অদুম্ অদুম্ব ধরম অদুদ পুসিন্‌ব/চিংসিন্‌ব হায়বনি; নাম্ মনত্র অম হেক্ত পীসিন্‌ব অদুমক্তি নৎতে। সিক্ষায় তৱান সগোল্ অমবু নমদুন ঈসিং পীথক্‌প ঙম্‌দে হায়ব ৱা লৈবনি। গুরু (গুরু) হায়বগি তসেংব আরথসু গু-পুক্‌নিংগি অমম্ব/অপঙ্‌ব খিবিক্‌পু, রু-মাঙ্‌হনব ঙম্ব মাবু হায়বনি। ব্রামহোন্ খেত্রিগি ৱাফম্ নৎতবনি; মসিদি ব্রম্‌তৎত্ব/নাম্‌তৎত্ব খঙ্‌ব মীসক্ অমগি ৱানি।

খুদম্ ওইন পন্‌ব তারবদ সিরিগৌরাংগ মহাপ্রভুন মসাগি চহী ২৪ শুবদ কাঙলুপ্ ফুরুপ্ নাইব মী ওইজররোই, অকক্‌নব সাঁগে জাৎ অমৎতদ লৈজররোই, প্রিথীবীগি মী হায়বদু ওইরগে হায়বদি বেদগি বরন ভেদগি ৱাংমদ লৈখ্রগে হায়দুন কেসোপ (কেশব) ভারতিগি মখাদ কাতৱাদ সৈনাস ধরম লৌখি। "**ক্লী॰ কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় স্বাহা।**" হায়ব অসিন দীকসা গুরুন পীব দীকসামনত্র হায়বদু ওইখি। কেসোপ ভারতি ব্রামহোন্‌নি হায়ব থেংনদে। অতোপ্‌প অমন প্রভুদি পন্‌দিৎনি; পুরবসংস্কার মতিক্ চান লৈপ্রবনি। অদুন মন্ত্রগি আরথ মনুংথিৎন খঙ্‌বনি। হান্‌ন সংস্কার লৈরক্তব মনত্রগি আরথ খঙ্‌বসু নৎতব, মমালোনসু নৎতব মন্ত্র অদুবু অরুবনি য়াম্‌ন লুব মন্ত্রনিগকা হায়জিন্‌দুন, হায়রিব মহাক্‌ফাউব খঙ্‌দন সৈনাসি ওইগৌরিব অদুগি নাকোংদ লোন্‌নগদকা সোল্‌লুবন কনাদ করিবু কান্‌নব পীগবনো ? প্রভুন সৈনাস ধরম লৌবগি মরুওইব মরম্‌দি মীওইবগি সমাজদ প্রেমভক্তিবু নৌহৌন ঈনোৎ পীনব হোৎনবনি। মনত্র হায়বদি "মননাৎ ত্রায়তে ইতি মন্ত্র" মদুবু নৈনরগ ৱান্‌নব পাম্বৈ ওইগনি নৈনৌ হায়বনি সোল্‌লু হায়ব নৎতবনি। হরিদাস লৈতবগি মতাংদ অন্তকালগি মতম্ অদুদ প্রভুন দীকসা মনত্র পীখি হায়ব থেংনদে।

মরম্দি হরিদাসতি হান্ন সংস্কাব লৈরক্অব নাম্গি তৎত্ব মমুৎতান খঙ্খ্রব ভক্তনি।

সৈনাস ওইখ্রব হায়বদি লম্ পোইখ্রব, খ্বায়ন চৎনব লম্বীদগি কোইথোক্অগ চৎখ্রব হায়বসে সংসারগি লীপুন্দগিসু, হিন্দুগি বেদগি পংখৈদগিসু ৱাংম লান্থোক্তুন মনিংমখা তম্খ্রবনি। অদুন পুরবাসমদ মাগ মরীমতা থোক্নরম্বসিংন বেদগি পরিকোর মনুংদ অমসুং সংসাবগি লীপুন মনুংদ পুসিন্নব হোৎনব, অমুক্ হন্ন জেল্দ বোন্দি ওইন থম্নব হোৎনব চুম্দবনি। তৌহৈদবনি।

থোঙ্বিয়া হায়রিব ওজা অসিন গৌরিয়সমপ্রদায়গি ময়োল ওইরিব প্রেমভকতিগি প্রচারক অম ওইবিবম্বত নৎতন লায়রব লৈবাক্ অসিদ মী সিব মতম্দ সিখ্রব মাগিদমক্তনি হায়দুন বেদগি নিয়োম্ ইন্বদ মরোল্মরাং তাক্নব, মকু হুনব কয়া য়াউববু কন্নবগিদমক্তসু আতুর সৈনাস সিরম্দাইদ লম্বোইব হায়ব অসি চৎননব হৌদোক্পিরম্বনি। প্রেম্ হায়ব অসিদগি হেনব কবম্ব ধবম অম জগৎত লৈগবনো। ধরম হায়বদি "অনেন ধারয়তে লোকা ইতি ধর্ম্ম।" — মদুতন মরম্ ওইদুন জগৎপু পুললিব অদু ধরমনি হায়বদি লম্বীনি হায়ব ৱানি। মমা মচাগি প্রেম, ইমুং মনুংগি প্রেম, মীগ মীগগি মরক্ত লৈব প্রেম, মীগ অতৈ জিবসিংগগি মরক্ত লৈনব প্রেম্ অসিতন জগৎপু পুন্দুন লৈবনি। মসিবু ধরম হায়ব ৱানি। অসিগুম্ব ধরম অসিবু ওজা থোঙ্বিয়ান প্রচার তৌজরম্বনি। লোয়ন লোয়নন প্রেম ভক্তিগ মরী লৈনব গৌরিয় সমপ্রদায়গি লাইরিক্ কয়া খুইদ সিন্দোক্তুন অপাম্ অপাম্ব পনচগি মীওইসিংদ পীথোক্অম্মি, য়েন্থোক্অম্মি। ওজা মসামক্ মীয়াম্ন পাম্নব লাইরিক্ হায়ব অম ওইরম্মি। ওজান খুইদ সিন্দোক্পিবম্বসিংগি মনুংদ। ১/ রাগবক্তানি চন্দ্রিকা ২/ হরিভক্তিবিলাস/ভগবতামৃত ৩/

রসামৃতসিন্ধু/বিদগ্ধমাধব ৪/ উজ্জলনীলমনি/ললিতমাধব অমসুং ৫/ চৈতন্যচরিতামৃত (ইং ১৮৬৭ ত কলিকাতাদ সাপা তৌরব) অসিনচিংব পন্‌ব য়াই।

বেদগি ৱাফম্ অসিদি "পুস্পিতাংবাচং বেদবাদরতা" হায়ব গীতাগি মতাং অদুনসু অদুগ সিরিমদভাগবৎকি ১০ সুব স্কন্ধগি ২৫ সুব ঐধায় "গোবর্দ্ধন ধারন" দ সিবিক্রিস্নগ নন্দ মহাবাজগ ঙাঙ্নব "ইন্দ্রমখ ভঙ্গ" হায়ব মতাং অদুনসু কক্থ্রবনি।

ঈচম্ চম্‌ব ঈতিং তিংব মিৎয়েং অমবোমদগি যেংব তারবসু "ঘটস্থাপন্" তৌব মতম্‌দ "মাঙ্দ থম্‌জরিব ঘোৎ চফু অসিগি মনুংদ হে মিত্রবোরুন নঙন লেঙ্‌সিন্‌বীদুন লাৎচবিব মহাক্ অসিবু নুংঙাই য়াইফব পীবীয়ু।" হায়ব মন্ত্র অসি সোললগ সমুদ্রগি নিংথৌনি হায়রিব বোরুন হেক্ত লাক্কদরা ? অমন "য়াইফ লাইসোল্ সক্সেন্দুন কৈলাসত লৈব হে লাই নহাক্‌ন ননাইবু থৌজান্‌বিয়ু নুংসিবিয়ু চানবিয়ু।" হায়ব মন্ত্র অসি সোন্‌বদ হিন্দুন লৈ হায়ন লৌরিব সিব মহাদেবন সোয়দমক্তি হেক্ত য়াবিবক্কদবা ? অমন মথক্ত পন্থ্রিব "অগ্নি স্তম্ভ" হায়ব মন্ত্র অসি সোল্লগ মৈনুংদ চঙ্‌বদসু মৈন সোয়দন চাক্ওইদবরা ? অদুওইরবদি "হে নিংথীবী পুনিমা। ঙসি থাসিগি নুমিৎ অসিদ অমুক্ত ঙানবিরো, নচা মোরাম্‌বী পোবীগে।" হাজদুন মন্ত্র সোন্‌ব মতম্‌দ থাসি নুমিৎত পুনিমা ওইইন্‌ব য়াগদবরা ? মহৌসাগি নিয়োম্ কায়হন্‌ব য়াব মন্ত্র লৈব হৌনদে। মন্ত্র হায়বসে সোল্লু হায়ব নৎতবনি, নৈনৌ নৈনরগ কান্নব ফংগনি হায়ব ৱানি। খুদম্ ওইন অমতং লৌখৎলবদ করি হায়রিবনো খঙ্দন "ক্লীং কৃষ্ণায় গৌবিন্দায় গোপীজনবল্লভায় স্বাহা" হায়ব মন্ত্ররাজা অসি কয়ারক্ হন্‌ন সোন্‌বদগিদি "ব্রজলীলাগি মতুংইন্‌ন ব্রজগোপীসিংগ স্রিক্রিস্নগ অথেঙ্ব অহিংদ হক্থেং হকথেংনন লোয়নদুন

সান্নব লীলা কয়া কবিন লেংঙি। অদুবু ক্রিস্নসে ফৈদা (নপুংস) ওইবগি রসত কবিন থম্মি। করিগিনো ? মরম্দি ক্রিস্নসে সংসারন খঙ্নরিব পুরুস (পুরুষ) অদু নৎতে, মাদি "পুরুষোত্তম" নি, থোইদোক্খ্রবনি, মাদি প্রক্রিতিসু নৎতে পরক্রিয়ানি, লীলাগি মচল ওইব য়ানব সত্ত্ব রজ তম কৌব গুন অহুম্ন লৈতেংদুন ফোংদোক্চরবসু তসেংবদি গুনাতিতনি-গুন পূম্নমক্কি ৱাংমদ লৈব মসক্নি ব্রমহস্বরুপনি। অসিগুম্ব নুপানি নুপীনি তাকতব ফিভম্বুত সংসক্রিৎ লোন্দ "ক্লিব" কৌৱি। ক্লিবদসি মন্ত্র ওইনব সাগৎলক্প মতম্দ "ক্লীঁ" হায়ব খোন্দোক্সি থোক্পনি, খঙ্নরিবদি স্রিক্রিস্নবুনি। করম্ব ক্রিস্ন ? কংস হাৎপ ক্রিস্নসু নৎতব, আবজুন সখা ক্রিস্নসু নৎতব "গোবিন্দায়"– জগৎকি জিব পূম্নমক্কি হন্জিন্নফম্ ওইব, "গোপীজনবল্লভায়"– ব্রজগি গোপ-গোপীসিংগি পোৎথানফম্ ওইব অদুগুম্ব "কৃষ্ণায়" ক্রিস্নদ "স্বাহা"– অখাক্প লৈতন কৎথোক্চরে।" অসুম্ হায়ন নৈনবন হেন্ন কান্নরোইদবরা ? অরুবনি হায়দুন কনাসু খঙ্নদন, লোৎসিন্দুন থম্বন কনাদ করিবু কান্নগবনো ?

কনাগুম্বন প্রেম্ হায়বসি হংগৎন চেন্দব তুরেল্গি ঈসিংগুম্ উপমা তৌৱি। অদুন চুম্ব তারবদি ভক্তন ভগবান্দ প্রেম হুক্চিন্ব য়াদব তাই। মরম্ অসিন প্রেম্ হায়ব অসিদি মায়কৈ পূম্নমক্ত সন্দোক্প য়াব থমোয়গি মনিক্নি, ৱাহে খোন্দোক্কি মথৌ লৈতবনি। মমান মচা ফুয় অদুবু প্রেম্গি লংলাদি খক্ তৎতবনি। প্রেম্বু হলাদিনি সক্তিনি হায়বদি নোংথাঙ্ কুপ্পদ য়াউব বজ্রদৌন কন্ব সক্তিনি হায়ন কবিন কলপনা তৌৱি। অওইবমক্সু প্রেমগি মনিক্ন নুঙ্গুম্ কল্লব থমোয়বু থুগায়ব ঙম্মি হায়ব ৱা লৈ। প্রভুন জুগাই মাধায় অনীবু লানবীথিব অদুমক্ খুদম্ অমনি। প্রেমগি হৌভম্ ঈফুৎতি থমোয়নি হায়বদি পুক্নিং হায়ব অসিনি। অমোৎপ পক্তব, তরু তরুব অরূব পুক্নিংদগি পোক্প প্রেম্ অদুবু অসেংব

প্রেম্ (সুদ্ধ প্রেম) কৌবি। বাহৈন নুংসিদা হায়বথক্তন য়ারোই। মীওইবগি বাহৈ-থোন্‌থোক্তি মীনম্বন পিক্ থন্‌বনি। অসেংব থমোয়গি মনিক্তি করিগুম্বদ মীনম্দবনি। মরম্ অসিন ধরমগি লুপ পূম্নমক্ন মসা মসাগি অমোংপ পুক্নিংবু মসা মসান সুদোক্চনব সাজেন সাধন তৌব হায়বসে তঙায় ফদ্রব য়াম্ন মরুওইব থৌ করমনি।

খ্বায় পূম্নমক্কি মংগোল্ ওইব ওইসনু।

---

## অইবগি ফোঙখ্রব লাইরিক্সিং

১। গীতা শব্দ বিজ্ঞান্ (১৯৭৭)
২। সীঙতেক্ সীঙথাব (১৯৮০)
৩। তসর য়োক্প (সেরিকলচর) (১৯৮০)
৪। ফি হুরান্ব বিচাব (বস্ত্র হরন) (১৯৮১)
৫। চীঙ-উ লাৎপ (গোবর্দ্ধন্ পূজা) (১৯৮১)
৬। নোংলৈ নুংসিৎ (১৯৮১)
৭। নোংগারোল্ (১৯৮১)
৮। জেনেসিস ওফ ইন্দিয়ান্ ত্রাইবস (ইংলিস-১৯৯৩)
৯। ধমমপদ (ত্রান্সলেসন্) (১৯৯৪)
১০। হীরী কোন্ব (মেদিতেসন্) (১৯৯৪)
১১। নুংসেংবা সেরিজ (১৯৯৫ — )
১২। নুমিৎ কাপ্পৈ ব্রাপুথোক্ (১৯৯৬)
১৩। নোংপোক্থোঙ্ হাংব (১৯৯৮)
১৪। ববমালোন্ লোন্ব তম্ব (নুংসেংবা সেরিজ-৮/১৯৯৮)
১৫। মনিপুবি সেলফ ইন্সত্রক্তর (নুংসেংবা সরিজ-৯/১৯৯৯)
১৬। নুমিৎ কাপ্প পুয়াগি নুংলোন্ লীখুন (মালেম্খোন্বা) নুংসেংবা সেরিজ-১০/২০০০)
১৭। পুন্সিগি মৈরা (ফাংখোঙ্ কোয়ব)- নুং সে: ১১/২০০০)
১৮। থবায় অমৎতনি (ব্রান্নেস কলচর)-নুং সে: ১২/২০০১)
১৯। মৈত্রবাক্ (এন্সাইক্লোপেদিয়া), অ-গি সেরিজ (২০০২)
২০। সৈনাস অমসুং থোঙ্বিয়া (২০০২)
২১। ফোর গ্লোবেল হারমোনি। (ইংলিস-২০০২) প্রেসত লৈরিব)